# ত্রিপুরা লমনুংশি

( লমকোয় রারী )

বিমোল চোংথাম




নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ ( নোহাখোল )

য়ুরেম্বম

**TRIPURA LAMNUNGSI**

( A Meeteilon Travelogue )

By : BIMOL CHONGTHAM





অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল, ২০০১

অফোঙবী : চোংথাম ওংবী রোমানা নোংখোলগী মায়কৈদগী ফোঙজবা



মশীং : ৫০০/-

মমল : লুপা ৩৫/-

মখুম য়েকপা : খাওরেম অহঞাও

[illegible] : খৌজাল হৈবা প্রেস, ভাকয়েল



অয়ুক্কী নিংথিরবা তাইবং শক্লোন্দ
ৱাংলেন খোঙচৎ তুংইনবা কোরৌনা
নোংপোক চীংদোনবু বীদাই পীরম্লগা
তাইবং মীপুম্না থৌগানরকপা কান
কনা খঙদ কনা উদ
পষ্টৌ ইংখোল ঙমখৈ নুংগী
লাইজ তুংফম পুখ্রি ইরোন্নুংদা
পলেম নহাক্লা তুমিন লৈরমখি
লাইনা লৌবা হায়বদু ওইরমখি ।
হৌনবর 'সিবু পলেমও! নুংশিবী
পঙলবা নচা ঐহাক্কী হায়ববু
মীকুপ 'মত্তা কাউঙমদ্রবা পলেমবু
নিংজবা শোঞ্জবা অসি নংতনা
লৈতবে ঙসিদি নফমদা ইমাও ।
পাঙদ্রবা, পঙলবা নচা ঐহাক্লা
কচ্চরি লৈচল শুদ্রবা ৱাহৈনা
খোংচিনজবা লমকোয় ৱারী
"ত্রিপুরা লমনুংশি" হায়না মিংথোনবা
পলেম্মু ওইরম্বী তাইবং মপোক্তা
শ্রীমতি চোংথাম ৺স্বর্নলতা (য়াইম্বী) মিংগৌবী
নুংশি চাওবী ইমাগী মফমদা ।।

নচানুপা
তাং ১০।১।২০০১

# "নোহাখোলগী মায়কৈদগী"

সমাজ অমা শেমগৎপদা সাহিত্যগী থৌদাং য়াম্না চাউই। সাহিত্যনা মীওইবা সমাজ অমা শেম্নগুম মীওইবা ঐখোয়না লেপ্পা লৈতনা সাহিত্যবু শেমগৎপা হায়বা বাখললোন অসিনা পান্দম ওইরগা "নোংচুপ হারম খোর্জে লুপনা" সাহিত্যগী থৌগল তৌজবা লেপত্রি। সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈথেং-লৈথল শুনা লৈশাং তমল্লে। শৈরেংদা ১৩, ড্রামাদা ৭, বারীমচাদা ৩, নোভেলদা ৩, লমকোয় বারীদা ১, পুন্সি বারীদা ১, নোহাখোলনা মখল মথেলদা লাইরিক ২৮ ফোংল্লে। হন্দক্তা ঐখোয়গী ইরক্তগী বিমোল চোংথাম সাহিত্যদা অহানবা খুৎমাবা অইবা অমা ওইনা মহাক্কী লাইরিক "ত্রিপুরা লমমুংশি" হায়বসি নোহাখোলগী মায়কৈদগী পুথোকচরে। লাইরিক অসি নোহাখোলগী ২৯ শুবা ফোংবনি। ঐখোয়গী অইবা বিমোল চোংথামনা থরাই য়াওনা সাহিত্যদা থোঙদারকপসিদা মুংঙাইবা ফোংদোকচরি। লোইননা ওসিগী চরাংনরবা মনিপুর সমাজসিদা সাহিত্যবু মুংশিজবা ইচিন-ইনাও, ইচে-ইচলশিংগী মকমদা নোহাখোলনা লাইরিক অসি খুদোল তমজরি।

কেশো লুরাং

ভাইস প্রসিদেন্ট, নোহাখোল।

# শুম ফাওরকথিবা রাহৈ খরদং

শক্লাইরবা অইবা খিবিক্লা সাহিত্যগী তাইবংদা করিগুম্বা অনৌবা মশক অমা নত্রগা অমদি তক্তনা হাপকংলি। হাপকং-নবস্থু লেপ্তুনা হোংনৈ। মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মশক অমমমনি। মতুমক্তনা অনৌবা পূক্কৈ শেম্মীবনি। সাহিত্যদা অনৌবা মক্ষম অমা থাংখাঙ-থাংখাঙ অতুম্মক কন্দুনা পুথরক্লিবনি। সাহিত্য হায়বসিমক সমাজগী লৈহাওদগী হোৌরক্তনা, য়েন্নীং হুল্লক্তনা তাইবং অসিদা মকা ফন্না লৈশাং তম্লকপনি। মতুদা তাইবংনা পুক্লিং লুপচবনি, মকা লামজবনি, আশা থমজবনি, মীওইবা ইতিহাসকী সভ্য মণ্ডলান শেমজবনি। মতুমক্তনা অনৌবা লৈচল, অনৌবা লৈশক-লৈচু, অনৌবা মহাও পীবা ঙম্বা সাহিত্যগী খুংশেম ঈখৌলাংনা ঙাইনরিবনি। সাহিত্যগী অহিংবা খোংচং হায়ববু সভ্যতাগী খোঙকাপ তাল্লকপদা খোঙফম চেংনা মাঙলোমদা চংখংপনি। মসিদা তোঙান-তোঙানবা লমদাং খিবিক ফাওতুনা মথল-মথেল মশক কয়া তোপ তোপ্পা মচু খোক্লা পুথোরকপতুনি। অসিগুম্বা খোঙফমদগী মথল মথেল সাহিত্যগী মচলশিং থোরকপনি হায়বা য়ারিবনি। অস্তুম্না সাহিত্যগী তাইবংদা লমকোয় সাহিত্যস্থু মচল অমনি। মচল অসিমক ঙসিদি থোইদোকপা শরুক অমা ওইরিবনি। তাইবং মীওই জাতি লমদম লোনচং কয়াগী অপূনবা শক্লোন পুখংপদা চাউনা থৌদাং লৌরিবা থোইদোকপা অমনি। মতুমক্লা তোপ তোপ্পা মগুন অমা পুথংতুনা শিংথারিবনি।

কবি• মহাকবি কয়াগী কল্পনানা কোয়রুবা লমদমশিংগী পাউদমদা অপাবা অতাবশিংগী থম্মোয়বু শুন্দ্ংহন্দুনা কোয়পু পুব্রিবনি। মহাকবি কালিদাসকী 'মেঘদুত' দুতি লৈচিলগী খোঙচত্তা ভবকশিংবু শুন্দ্ং-লমদম কয়াদা কোয়পু পুরি। নিংথৌরবা হৈকোল-লৈকোল, চীং-মান, লোকনুং-মানুং, শা-উচেক চঙখোল্লবী শানৌ কয়াগা শকথঙ মায়থঙনহল্লি। মখোয় কয়াগী অরা-নুংঙাইদা শরুক য়ামিন্নহল্লি। বাল্মীকিনা, ব্যাসনা পাকচাউরবা চীং পাং তুরেল সমুদ্র হৈকোল লৈকোল লৈবাক জাতি ঙমথৈ কয়া য়ৌনা লানশিন্দুনা চহিচা, নুমিৎ থা ঋতু য়াবোল কয়া কয়া স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল মরোল অহুম য়ৌনা মখোয়গী চরিত্রশিংগী খোঙচত্তা কোইথুং থুংহন্দুনা খ্বাই ঙম্নমক্কা শকথঙ মায়থঙনহল্লি। থবায় পানবা পান্দবা ঙম্নমক্কী থম্মোয়গী মপাউ, লেঙলী পাল্লিবা খিবিকমকী অরা নুংঙাই বারী শীংবুল লেপ্পনা পাউদমহুনা লাক্লি। পূন্নমকসিনা ঐখোয়বু কয়াদা শুন্দ্ংপা ঙম্লিবা। অসিগুম্বা মরক্তা তাইবংদা হকথেংননা চংলু য়ৌরুবা, থেংন-উন্নরুবা, তারু তম্নুবশিংগী অশেংবা থৌদোক মশক খিবিকপু মরিক চুম্না পাউদম্লকপদা অপাবা অতাবশিংগী থম্মোয়দা করিগী পাল্লোইদগে। মচুথোক্লা শেম্নবা লমকোয় সাহিত্যগী মমল করিগী বাংলোইদগে। মহাক্তি অশাবা অশেম্বা লৈগী লৈতেং নত্তে তশেংনা লৈশাং তম্লিবা নুংশিরবা লৈনমগী মহাও চেল্লিবা লৈতেংনি। তৌবতবু লৈশক খনবদা পরেং, নাচোম লৈখল লৈতেং শেম্বদা হৈথোই-শিংথোইবগী তঙায়-ফদবত্নুদনি। পৃথিবী অমদি ভারতকী সাহিত্যদা লমকোয় সাহিত্যগী মচল কয়া লৈনখ্রে। মনিপুরী সাহিত্যদসু নৌহোনা খোঙজেল য়াঙশিল্লক্লি হায়বা য়াই। অত্নুক হাক্লা ঙনদ্রবসু

১৯৩০ চহীশিগী থেঙথরকপা মতমদগী মনিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় সাহিত্য পোক্লক্লে হায়না লৌবা য়াই। ইং কুমজা ১৯৩৫ লমদম অসিদা ইহান হানবা সাহিত্যগী লূপ 'মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ' (অহানবদা মনিপুরী সাহিত্য সম্মিলনী) লিংখৎখিবা, মতুনা লম-দমসিগী হৌরক্লিবা নহারোল অইবশিংবু পুক্লিং থৌগৎতুনা পুথৎনবা মচু তাবা অই-পোথোক কয়া পুথোরকুবা থা অহুম অহুমগী চেফোঙ (নবেম্বর, ফেব্রুয়ারি, মে অমসুং অগষ্ট) 'মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা' ইং ১৯৩৭ নবেম্বরদগী ফোঙবা হৌরকখি। শ্রীযুক্ত খোকচোম মধু সিংহনা সম্পাদক ওইবা সাহিত্য চেফোঙ-সিগী অহানবা খুংনমমক্তদা লময়ানবা কবি খাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাংহল, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, হবাইবম নবদ্বীচন্দ্রনচিংবা কয়াগী খুংইশিংগা লোয়ননা কবিরত্ন হিজম ইরাবতকী লমকোয় বারী 'মন্দালেগী খোঙফম' ফোঙলকখি।

মসিমক্তি চহীদুগী ফেব্রুয়ারি ২৮ দগী মার্চ ২ ফাওবা বর্ম্মাগী মন্দালেদা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভাগী অহুমশুবা মীফম য়াওবা চংলুবা খোঙচৎকী মরমদা ইখিবনি। মথং-মথং ফোঙগদবা খুৎই অমগী অহানবা শরুক্তি। খোঙচৎ অদু চিট্টাগোংদগী জহাজ তোংদুনা রেঙ্গুন তান্না চংলগা মন্দালে য়ৌগদবা খোঙচংকীনি। ফেব্রুয়ারি ১৮ শগোলশেল সুমিত্রা চিট্টাগোং হিথাংফমদা থেংনবা, জহাজ কাখৎলকপগী মতাং ফাওবনি। হান্না রেলদা ক্রক-ক্রক ইমনা তোংলকপা, জহাজ কাম্পনি অনীগী মরক্তা লমদমগী ওইবা থল্লগা তোংবা, মতমদুগী কম্পনি অনী বৃটিশ ইন্দিয়া স্তিম নেবিগেসন অমসুং রেঙ্গুন বর্ম্মা স্তিম নেবিগেসন অনীগী মরক্তা অকোনবগীদা তোংবা, চান থরুবা মওং, সেক্যুরিতি চেক তৌবদা অইবগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা

খোয়দাজবা মশক উবদা মখাতানা চেক তৌদবা, জহাজদা কাখৎলকপদা মন্নুংগী ফিবম, মপান্দা উরিবা ঈপাক্কী মশক, চিট্রগোংনা হিথাংফম ওইবদগী চাওখৎলিবা অসিগুম মনিপুরদা রেল য়ৌরম্নবদি মতুদা চাওখৎপা য়াবা, কয়া পল্লতুনা ইরম্বনি। মসিনা অইবনা য়েংলিবা পুন্সিগী মীংয়েং বাখল মতুগা ঈরোয়ননা য়োকু-থেংনরুরিবা কয়াগী মশক লমকোয় সাহিত্যদা নিংথীনা য়াওরি হায়বতু থওহল্লি। অসুম্না মনিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় বারীগী লময়ানবা হৌরকখি।

অতুবু মপূং ফারবা লাইরিক ওইনা লমকোয় বারীগী মহাও চপচানা পীতুনা থোরকখিবা সাহিত্যগী মচলদি মতমমতুদগী চহী নিফুগী মতুংদনি। ইং ১৯৭৭ আগষ্ট থাদা নোংথোনবম কুঞ্জমোহন সিংহনা মহাক্কী মপুং ফারবা লমকোয় বারী "সোবিয়েটকী লৈবাক্তা" পুথোক্লুনা মচল অসিগী খোয়থুম্নরবা মহাও অমা পীরকখি। বারী অসিমক অইবনা ইন্দো-সোবিয়েট কলচরেল সোসাইটি (ইসকস) মনিপুর য়ুনিটকী সেক্রেটরি অমা ওইনা মতমতুদা লৈবাক অনীগী মরুপ মপাং ওইমিন্নবগী গুড বিল ডিলিগেসন অমদা শরুক য়াতুনা মতমতুগী থূংমাও চাওখৎলবা সস্যালিষ্ট লৈবাক সোবিয়েট য়ুনিয়নদা চৎলুবা, মতুদা থেংনরকপা, সস্যালিষ্ট লৈবাক অমগী মওং মতৌ, মীওইশিংগী চাকচায়ুথক, য়ুমলৈ-কৈরৈ, লমচৎ ব্যবহার, পুন্সিরোলগী হীরম কয়াদা, থোইদোক্লা মরুপ মপাং ওইবগী নুংশিরবা মীয়োক মীচান মতুমক্লা অইবনা লমদমতুদা লৈরকপা মতম থরতুদা ফাওখিবা অপেনবা, নুংঙাইবা, নুংশিনা তৌরকপা, মীওই মখল কয়াগা থেংনরকখিবা পুম্নমক্লুনি। খোঙচৎ অতুনা হৌবদগী হল্লকপা মোস্কো থাদোকরপফাওবদা তাঙ্কক মঙা থোক্লা ইবনি। মসিনা লমদমতুগী

মুং য়োশিন্না উহল্লবা মশক অমা পীরি। অপাবা অতাবশিংবু ভারতকী টাসকেন্ট, সাইবেরিয়া, বৈকাল, মোস্কো মফম কয়াদা মখোয়গী মীওইশিংগা শকখঙ মায়থঙনহল্লি। মতুংদসু অইবনা মতমতুগী সস্যালিষ্ট লৈবাক অমসু ওইরিবা নোংপোক জর্মন (জি ডি আর) চৎলুবগী লমকোয় ৱারী 'জি ডি আর ডাইরি' পুথোরকখি।

অদুবু মরক্তা ৱারেং মচা ওইনা অইবা অইবী কয়ানা লমকোয় ৱারীশিং ইনথ্রে। ১৯৬০ গী চহীশিংদা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী 'চৌংদা মান্দা' (উখ্রুলগী তাংখুল মুপীশিংগী থৌদাং অমদি চৌং লমদমতুদা ওইরিবা মশক তাকপা), 'লাইগী মচাশিংগা' (মাওগী পুন্সি মওং) ইরকখি। কবিনা সরকারগী অফিসার অমা ওইনা চৌংগী লমদমদা পোস্টিং তাদুনা চৎপদা থেংনরকপশিংনি।

শরুাইরবী অইবী মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবীগীসু 'অহোঙয়ুমনা হায়রী' হায়বা তমেংলোং কবুইশিংগী য়ুম্বাল পুন্সিবু পাউদম্বা, 'থোইবীদো ৱারোহৌইদা' হায়বা কৈবুল লমজাউ শঙাইগী ফীবম ফোঙদোকপা লমকোয় ৱারীগী মশকশিং ইরকখি। ডা: আই: আর: বাবুসু 'যাত্রিককা থেংনরুবা' হায়বা ৱারেংদা তীর্থস্থনি ওইরিবা শ্রীধাম নবদ্বীপতা থেংনরকপা ভক্তশিংগী লীচৎ কয়া য়েক্লুনা পুথোরকখি।

লৈখিদ্রবী কুমারী থোইবী দেবীসু 'প্রেমনগর য়োরুবদা' হায়বা মোরেগী প্রেমনগর চৎলুবগী মতুদা থেংনরকপা, হান্না আশা তৌরুবা কয়াদগী খেন্নরম্বা মশকশিং ফোঙদোক্লুনা ইরকখি। নহা ওইরিবা লাইতোনজম প্রেমচান্দসু 'নোংমা নোনেদা' হায়বা লমকোয় ৱারেং ইরকখি। কছারদা সাহিত্যগী মীফম য়াওরুরগা হল্লকপগী লম্বীদা নোনেদা পল্লকপা মতুদা থেংনখিবা

খরনি। অপাবশিং ঐখোয়স্থ নোনেদা লেকমীন্নহনবনি। চীং লমদমগী জাতিশিংগী মশক্তুনি। লম্বীসিদা থেংনরিবা কয়ানি। চীংনুংগী ফজবা, লোক্কী ঈশিংগী লুরবা ঈচেন্দা পোখাবনি।

অস্থুন্না ওসিদি অইবা কয়ানা লমকোয় ৱারেং, লমকোয় সাহিত্যগী মপুং ফারবা লাইরিক কয়া পুথোক্লুনা অপাবা অতাবশিংবু ভারত অমদি পৃথিবীগী লমদম কয়াদা কোয়বা ফংহল্লে। ইং ১৯৯০ গী চহীশিংগী মনুংদদি লমকোয় সাহিত্যগী ঈচেল অসি ফন-নিংথীজনা কনখৎলক্লে হায়বা য়াই। অইবা অইবী, কবি কয়ানা চংলু-য়োরুবা মফম কয়া তত্তুনা ইতুনা লমকোর ৱারেং, লাইরিক তত্তনা পুথোক্লরক্লে। ইং ১৯৯৩ দা কুমারী খাইদেম প্রমোদিনীগী "তোর্ব্বংগী তেরা পাম্বীদা শাৎপা মৈবুল" ইরক্লে। মথং "চহাদকী তেজপাৎ পাম্বী" পুথোরক্লে। অইবীনা সরকারগী অফিসার অমা ওইনা মফমতুদা চংলুবদা থেংনরকপা জননেতা ইরাবতনা ভেজপাৎ পাম্বী মনক্তা লৈরম্মী হায়বগী ৱারী, থেংনরকপা উন্নরকপা, লীরকপা ৱারী কয়ানি। ইং ১৯৯৫ দা লমাবম বীরমনিগী 'উখ্রুলদৈ' পুথোরক্লুনা উখ্রুলগী পুন্সিবু নিংথীনা মশক তাক্লরে। অইবনা উখ্রুলদা পোস্টিং তাতুনা চহী মরি খর হেন্না লৈরকপা, মতুদা মহাক্কা উখ্রুল চংলমদাইদা খনখিবদগী মফমতুদা থেংনরকপা, চুপ্না উরকপদা নত্তুনা তাংখুলশিংগী পুন্সিগী মরমদা মনুং য়োশিন্না নুংগী, নাৎকী, জাতিগী চংনবী, হুরাওকুম্থৈ, চহীগী কুমওনশিংগী ইনাৎ-থৌনি, লীনদুনা থাজন্দুনা লৈরক্লবা ৱারী শীংবুল, নহা অহল নুপা নুপী কয়াগী মুংগী রাখল কয়া ফোংদোক্লতুনা লীজরকপা খুদীংমক্কী মশক চেল্লবা মপুং ফারবা লমকোয় সাহিত্তাগী লন অমনি। ৱারীমচা ইবদা থোইদোক্কা শীংথানরিবা অইবনা ৱারীমচাগী মহাও ফজনা চেল্লবা তাঙ্ককশিং

হাপতুনা অপাবশিংনা মখল শুরবা মহাও পীরি। উথ্রুলদা তম্মী কর্ম্মচারিশিংনা চৎলিবা লীচৎ, তাংখুল নুপীশিংগা লৈনরিবা মরী, মতুদা থোক্লকপা বাথোক কয়ামসু উংলি। তশেংনমক উখ্রুল লমদম, তাংখুলগী পুন্সি মফমদুগী ঙসিগী শক্তম অমা নিংথীনা পীরকই। সোনিসু মহাক্কী খোঙচৎতা য়ুরোপকী লৈবাক কয়াগী লমকোয় বারী পুথোরকখি। কবি নীলকন্তসু মহাক্কী পৃথিবীগী লমদম কয়া চৎলুবগী লমকোয় বারেংশিং ইবীরগী। রমেশচন্দ্র, শরতচান্দ থিয়াম, অইবা অইবী কয়াগী খুদোল লৈরি। থেঙনরকপদা জয়কুমার মাইস্নামগী 'পূন্নম্বগী মহাও' (১৯৯৮, দিসেম্বর) পুথোকখি। মতম অমগী সোবিয়েট য়ুনিয়ন ওইরিবৈদা অইবনা টাসকেন্ট অমদি আর্টেকুচিংবদা লৈরুবা, য়ং পাইয়ন্যর্স কেম্পতা কোওর্ডিনেটর ওইনা চৎলুবা মতুনা থেংনরকপা, থম্মোয়দা ফাওরকপা, মরুপ মপাং মচীন মনাও ওইমিন্নবগী থম্মোয় ঈহুল অমদা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরকখিবা কয়া শীংথাবনি মতমদুগী সোবিয়েট ম্যাষ্টম, মখোয়গী অঙাংশিগী পুন্সি, বাখল-লমচৎ অমদি থৌদাং, নহারোলশিংনা হোৎনরিবা মখোয়গী সমাজদুদা মখোয়না ফংলিবা খুদোংচাবা মখোয়গী মীয়াম্না লেল্লীবা য়াইফ-নুংঙাইগী পুন্সি, মখোয়দা লৈরিবা মিনুংশি, মীয়োক মীচান, মরূপ মপাং ওইবগী চেৎলবা থম্মোয় কয়াদুগী নিংথিরবা মশক অমা শেংনা পাউদম্বনি।

অহুয়া মনিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় বারীগী খোঙচৎ অমা চহী ৬০ হেন্না (১৯৩৭-২০০১) হেনবসিদা লেপ্তনা চেস্থরক্লি। হেন্না-হেন্না ঈমায় চোনখৎলক্লিবা ইরৈ অমা ওইরক্লি। মচল অসিগী খুৎমাবা, লময়ানবা নত্রগা মনিপুরী সাহিত্যদা লমকোয় সাহিত্যগী অপোকপা হায়নফাওবা শীংথাবা য়ারবা কবিরত্ন

ইরাবতকী মতমদগী হৌরকখিবা ইচেল অসিমক হেন্না হেন্না ঈনোৎ হাপ্লক্লি। অসিগুম্বা খুংইগী মচল অসি হেন্না মরাঙ কায়হন্দুনা লমদম, জাতি, পুন্সি রাখল্লোন কয়াগী মনুং-মপান তুনা নিংথিরবা মশক অহু খঙমীন্নবগী, নকশিনমিন্নবগী, থম্মোয় থম্মোয় তিন্নবা হিংমিন্নহুনা তাইবংদা তংহু-লৈতারবা মীওই পুন্সি অমা পুরকপগী তঙাইফদবাহুনি ঙসিগী লমকোই সাহিত্য ইবিরিব-শিংদা নল্লরিবা। অসিগুম্বা মতাং অমদনি বিমোল চোংথামগী 'ত্রিপুরা লমমনুংশি' লমকোয় সাহিত্যগী মচল হাপ্লরিবসি। মহাক্কী মী খিবনি, খোঙচৎনি, জাতিগী লৌক্লম কন্নীংবনি। থনম্বনি, পুরকপনি, হিংহননীংবগী ইথিল্লি। অরাং-নোংপোক ভারত লমদমগী লৈমিন্নরিবা ষ্টেটশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা, থোই-দোক্লমু মনিপুরীশিং খুন্দারিবা ত্রিপুরা লমদমগী মৈতৈ খুঙ্গং পুন্সি শন্নক থরগী পাউদম্লি। অপীকপা মতাং তরা থোক্লা খায়-দোক্লুনা ইবনি। ইম্ফাল থাদোক্লুনা ন্যুকছার লম্বীদা জিরিবাম আসামগী কছার লমদম ফাওহুনা ত্রিপুয়া য়োবা খোঙফমদগীনা মৈতৈ তাবা ত্রিপুরা লমদমগী খুঙ্গং থরদা য়োক্লবগী পাউদম্লি। লমদমহুদা লৈরম্বা মনিপুরী মৈতৈশিংগী পুন্সিদা মৈতৈ জাতিগী পুন্সি লৌচৎ, ফিজেৎ চাকচা, লাইশোন-তৌনশোন কয়াদা মমী শাম্নকপা উবদা নুংনাংবা, হিংহন-লৈহন্নীংনা পুখৎহন্নীংবগী ঈহুল পীবনি। সস্য কলচরেল অর্গনাইজেসন অমা ওইরিবা 'দ হেরিত্যজ মনিপুর' হায়বহুগী রনজিৎ অধিকারিনা লুচিংবু খোঙবু অমদা য়াওরুবা খোঙচত্তগীনি। মহাক্কী খুংইদা ত্রিপুরাবু শম্নপ্না মশক তাকপগা লোয়ননা লমদমহুদা লৈরিবা মৈতৈ খুঙ্গংশিং নিংশীংই। মখোয়গী য়েক-শলাই চাকচা য়ুথক তাকই। লমদমহুগী পোথোক চাথোক পুন্সি মহীং শন্না পল্লি। বেঙ্গলীশিংগা

নকশীন্নবনা মখোয়গী পুন্সি মরেন্দা হেন্না নকশিনখিবগী মুংনাংবা ফাওই। অগরতলাদগীনা অভয়নগর, ছেছুড়িয়া, বেড়ীমুড়া, কৈলা-সহর, ধর্মনগরনচিংবা চংলুরগা হন্নকপা ফাওবগী খোঙচত্তা পরীং শেম্বনি। মসিনা মখোয়গী পুন্সিগী চাউরাকপা মশক অমদি তাক্লি। অইবনা পামজরিবা, খোঙচং অতুমক্কীম্ব মায়য়োন লেপ্লিবা জাতিগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা কন্নীংবগী, মতুদা মখোয়গী পুন্সিনা ওইরিবা মশক্কুগা খল ওন্দুনা থম্মগা পাম্মিবা লম্বীগী ইঙ্গিং তাক্লবা হোংনৈ। তশেংনমক মপান্থোংগী চাউরেং ভাক্লুনা য়াদে, মমুং হুনজিন্না থম্মোয় থম্মোয়গী লুথরবা খোঙমুং অতু য়োনা লূপশীন্দুনা মতুগী অশেংবা মপাউখোন্দু চিংথোক্লুনা পাউদম্নকপত্নুনি। অরা-মুংঙাই রাকং-ওইনা কয়া শরুক য়ামিন্ন-বনি। মতুমক্কুনম্ব কবিশিংনা মীওইবগী থম্মোয়গী মপাউখোন-খক্লুনা পেনড্রন্থুনা লেঙলী-পাল্লিবা হৈ-লৈ পাম্বী শা-উচেক চীং-পাং তুরেল পুন্নমকপু মরোল থোকহল্লিবনি। মতুমক্কুনা অইবশিংনা মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওরকপা কয়াহু মমুং হুন্না লূপ-শিন্না চঙশীন্দুনা পাউদম্নকপদা চপচাবা মহাও পীরিবনি। হাকথেংনরবা লমকোয় সাহিত্যগী পাউমদা শুন্দুংলিবনি। মসিনি মচল অসিগী থোদাং। তশেংনমক ঙসিদি মনিপুরী লমকোয় সাহিত্যদা পুক্নীং লূপচরবা অইবা অইবীশিংগী মশিং লেপ্তুনা হেন্নংলক্লি। আসগুম্বা খোংবুগী মমুংদা ঙসিদি চোংথামম্ব অমনি।

ইবোয়াইমা

১১-০১-০১ ইং

# অহৈবগী ৱারোল

ঙসি ঐগী "ত্রিপুরা লমম্লুংশি" [লমকোয় ৱারী] হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি ত্রিপুরাদা চৎচরুবা মতমদা লমদমতুদা লৈরম্বা অহল-লমনশিংগা উন্নজতুনা ৱারী শান্নজরকপা অমদি ফিজেং, চৎনরোল কয়াবু ইরমদম হেক য়োরকপদা ইনিংবা অমদি থম্মোয়দা ফাওরকখি। ইজরিবা খুদিংমক শেমজিন শাজিনবা কল্পনাগী ৱারী নংচদে। মফমতুদা হুকথেংননা থেংনজরকপা কয়াবু পাঙজদ্রবা ঐনা হৈতা-হৈতা ইবা হৌজখি। ইবা লোইরবা মতুংদা ঐবু পোকপীবা বাবা ইমা অনিগী মফমদা হঞ্জিন-হঞ্জিন কয়ারক পাড়না তাহনজখি, অশোইবা কয়াবু চুমথোকপিখি। ঐগী কাকা ৱাজেন্দ্রনস্ত অশোই অঙাম কয়া য়েংবিখি। অতুবু ইথোক্তুনা লৈরবা লাইরিকসি মতম শাংনা পুথোকপা ঙমদতুনা লাকখি।

ঙসিগী য়াইফরবা পুঙফম অসিদা মতম কুইনদগী মঙজ-রক্রবা মঙ অমথক মঙফাওনরে। মসিমক ঐগী পুন্সিদা অঙকপা অমস্ত ওইখি। ঐগী ইচে শ্রীমতি জীবনমালা দেবী [পাংশোই পার্ট-III] দা লৈবনা য়াম্না ঙল্লিভৈদা পাবীখি। মীয়ামদা থুংশিন্ননবা হায়বীখি। অতুবু পাঙজদ্রবা ঐহাক্না মীয়াম্বু অস্তুকী মতীক কিজখি। পুন্সিগী ওইনা অহানবা ফোঙবা লাইরিক অমস্ত ওইরে। ঙসি ঙসিমক ক্রিতিক্না থল্লবা সমাজনি।

তৌইগুমস্তং ঐগী পুন্সিদা ঐনা পল্লবা ইঙম্মক ঙমজদ্রবা "দি হেরিতেজ মনিপুর (এ সোসিও কলচরেল ওর্গেনাইজেসন)" দা ঐগী ইয়াম্বা শক্রবা দসেন্দ্র ওইনাম খাগেমপলিদা লৈবনা ঐবু পুশিনবীখি। শ্রীৱাহেংবম সেমসন সিংহগস্ত শক থঙনহনবীতুনা ঈশৈ নোংমাইগী অনৌবা মঙাল ফংহনবীখি। সেমসনগী থুং-থাংদগী শ্রীনোংমাইথেম পহারি সিংহ অমস্তং লাইময়ুম রাধাচরন শর্ম্মগস্ত শক থঙনহনখি। ঈশৈ ময়েক ইবা অমগী চাউরবা

ফমফম্লাং অদুসু ফংহনবীখি। হৌজিকমকসু ওল ইণ্ডিয়া রেডিওগী শৈরেংবা, অইবা [ড্রামা] অমসু ওইরি। মসি পুম্নমক ঐগী ইচে [বিজয়া] গী মমান্নবী ক্ষেত্রিময়ুম রাধাপিয়ারি দেবী ঘড়ীদা লৈবীগী থৌজালদগীনি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা অমুকসু জীবনমালানা হায়বীরকখি। "ত্রিপুরা লমন্নুংশি" [লমকোয় বারী] অসিবু লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লনবা, নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ [নোহাখোল] গী মেম্বর ওইনা পুশিনবীখি। নোহাখোলগী ওইবা লাইরিক ফোঙবা তেঙবাং লুপতগী মতেং ফংজদুনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলন্নুংদা লৈচন অমা ওইহনবীয়ু, খ্বাই মীয়ামদা খুৎশিন্নজরি।

লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা লমজিং লমতাকপীরিবা নোহাখোলগী শক্লাইরবা শক্লাইরবী মিং ওইনা পঞ্জরবদা লাইশ্রম শশীকুমার, খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম অমসুং শ্রীমতি জীবনমালা দেবীনা অচৌবা থৌদাং লৌবিরকপা অমদি মনিপুর সাহিত্যগী লৈকোলদা ঐবু চাওরবা ফমফম্লাং অমা কনবীবগীদমক পুন্সিসিদা শিংথম্লরোইদবা লমন তোনশিনজরে।

লাইরিক অসিগী মখুমগী লাই য়েকপীরকপা নাওরেম অহঞ্জাও সিংহ অমদি প্রুফ ককপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা অহৈবম কেশো মীতৈ অনিগী মফমদা পুন্সিগী শিংথম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে। মসি পুম্নমকসিগী মথক্তা মতম খরদং কায়থোকপীদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা বাহৈ খরদং ইবিরকখিবা খ্বাইনা ইকাই খুম্নজরিবা খোল্লাউগী ইদিটর লাঙ্গোল ইবোয়াইমাগী মফমদা অমুক্তা হন্না চাওরবা লমন অমসু তোনশিঞ্জরে। লাইরিক অসিবু অথুবা মতমদা ফোঙনবা হোৎনবিরিবা থৌজাল হৈবা প্রেসকী মীপুম খুদিংমকপু হন্না-হন্না থাগৎচরি।

# ইম্ফাল থাদোকপা

তাং ২৭।১।৯৪ ইং

খুঃ ১৯৯৪গী জনুয়ারীগী তাং ২৭তা "দি হেরিটেজ মনিপুর (এ সোসিও কলচরেল ওর্গেনাইজেসন)" হায়না মিংথোল্লবা কাংলুপ অমা রনজিৎ অধিকারীময়মগী লুচিং মথাদা মুপীমচা মঙা য়াওনা মীওই তরামরিনা শাবা কাংলুপ অমনা মনিপুরগী মচুং-শিনবা অমা ওইনা ত্রিপুরাদা তারিবা মৈতৈ কাংলুপশিংনা অমত্তা ওইনা খুংশয়না চংশিন্নবা অমদি মাঙথরক্লবা কলচরবু পুন্না কনমিন্নবা হোৎনশিন্নবদা শরুক য়ামিন্নবগীদমক ত্রিপুরাদা তারিবা মৈতৈ মচাশিংগা অচেংপা মরী থম্নবগীদমক হোৎনবদা মীওই তরা-মরিনা শাবা কাংলুপ অমনা "ডাইরেক্টর ওফ আর্টস এণ্ড কলচর অমসুং গভর্ণমেন্ট দান্স কলেজ, মনিপুর" হায়না খঙনরবা মনিপুরগী কলচরগী হৌরকফম ওইরিবা মফমতুদগী জনুয়ারীগী তাং ২৭কী অয়ুক পুং ৬:৩০ তাবা মতমদা ত্রিপুরাগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি।

নিউ কছার রোডকী মতুং ইন্না মনিং পাংনা কুমথখিবদা অহানবা ওইনা থেংনখিবা কৈথেল মানবী য়েংবদা খুংশেম য়াওদ্রবা প্রকৃতিগী ফজবা কয়াগী তুংনফম ওইরবা চৌংগী নাপোমনি। য়েংবগী পেনবা নাইররোইদবা মীৎফম হোংবা য়াররোইদবা উচান পাম্বীনা পরেং পরেং হৌখ্রি। অনকপদা অরাপ্পদা চৌং-থক্তা চৌংমায়দা উচান পাম্বী ভাক্তনি। মীৎনা য়েংবদা মীৎয়েং তামখ্রিবা লমদম অতু ফাওবা উচান পাম্বী হৌখি। য়েংবগী পেনবা কৌবদি মরৈতে, অউবা মীকুপ খুদিংমক্কী থম্মোয় শুমহৎনিঙাইগী মশক্নি। থাবগী লোইবা থম্বা লৈত্রবা খুংশেমগা প্রকৃতিগা য়ানবা চৎমিন্নরিবা লৌলগী শাথেককুম্নবা চৌংগী লম্বীতুদা লৈনা লৈনা কাখৎলকখিবনা চৌংগী চৌংয়াং য়োৌশিল্লকপদা থোংচ নৌজবতনা মথৌদাং ওইরবা মুপীজাগী মপোক্তা পোকলুবা খাঙবা ঙম্বগী শক্তিগী রাংমদা লাকখিদুনা কোক ঙাওবা, হন্দোকপন-চিংবা কয়া মায়োক্ক মায়োক্নবা লাক্নুনা নোনে, মুংবানচিংবা মথং-মথং লানথোকখিদুনা মনিপুরগী অরোইবা ঙমখৈ ওইরিবা জিরিঘাট, নুমিদাং রাইরমগী পুং ৪ রোম তাবা মতমদা থুংখি।

অতুবু পুং ৪:৩০ ফাওবগী মনুংদা জিরি চেক পোষ্ট লান্থোকহৌদ্রবদি চৎপা য়াদবগী অরাবা অমা লৈবনা মরম ওইদুনা লেপ্পা লৈতনা গাড়ী অতুম্মক থোরি।

ময়াম পুম্নমক মাম্নথোংদা অরাবগী মমি তাই। মতম শাংনা গাড়ীদা ফমজিন্দুনা লাকপগী অরাবা অমদি মফম চাদ-বনা মরম ওইদুনা চাদনা লাকপগী অরাবা কয়া মায়োক্নরি। শাংলবা লম্বীবু করিনতা থন্দনা মৈতৈগীদমক্তনি থন্দুনা মুপী

ওইবীগী কাংলুপ্তা চিংলিবী মখোয় মণ্ডানা অবাবদা শরুক খরা হেন্না মায়োক্লরি।

গাড়ীনা লেপ্তুনা থৌরকপনা জিরিবাম য়ৌরক্লমই। লম-শাং লাকপগী অবাগ্না ভাইহাক পে.থানবা অমদি মুমিদাংগী চাক-লেন চাম্নবা থৌরম্বা গাড়ী লেপই। মনাক নকপা হোটেল অমদা ময়াম পুম্নপ চণ্ডতুনা মানা মানা অপাম্না হেজ্ঞাং কৌতুনা চাম্নে। ভাইহাক্লুমদি অবাবা পুম্নমক পুমকাউ কাউথোক্লখি। ভাইহাক অবা পোখানরবগী তুংদা অমুক মথা তানা গাড়ীনা ঐখোয়বু পুতুনা চংলি।

মুমিদাং রাইরমগী মতমনি। ঐখোয়না ত্রিপুরাগীদমক জিরিবাম থাদোক্লমখি। মনিপুরগী ভমথৈ লোইতুনা আসামগী ভমথৈ চণ্ডশিল্লক্লমই। আসাম খরা চণ্ডশিল্লক্লবা মতুংদা মুমিদাংগী মতম ওইশিল্লকপদা গাড়ী লাইট য়ারক্লতুনা থৌরম্বদগী খামই। পুক্লিংদা মুংভাইতবা অমসু ফাওরকখি। ইরমদমগী ভমথৈ লোইরতুনা মীরম লৈবাক চণ্ডশিনবা হৌরক্লবনিকো খন্থরুবা মীংকুপ্তা। ময়াম গাড়ীদা কম্লবা য়াওই, কুমথতুনা মুমিদাংদি লমদমসিগী ফজবা করিনো য়েংনরি। সহরগী মতাই ওইনা লৈবা মরমনা ফজবগী মওং উবা ইফং ফংলমদে। ভাইহাক্কী মতুংদা গাড়ী ড্রাইভরনা হায়রমই, ময়াম গাড়ীদা কাখংনবীবা য়ারগনি, অমুক চংনবা তৌরসি। ময়াম গাড়ীদা মথং-মথং কাখংনৈ, মাগী মাগী কমফমদা কমনৈ। খামতুনা লৈরম্বা গাড়ানা হেক থোবা হৌবগা ইকুই কুইদনা এক্সেসেভর কার অমা থোগংলক্লমই। অতুগা ঐখোয়না তোংতুনা লান্নিবা গাড়ীবু খাম্নকই। ড্রাইভর

কুমথরকউ কৌথখি। গাড়ী থাম্লীবতুগী নাকল ওইরপা লৈবা ওফিস অমদা পুন্না চঙমিন্নখি। ডাইহাক লৈরবা মতুংদা ড্রাইভর থোরকই। ওজা রনজিৎনা হঙলমই— ইবুংঙো করি হায়রিবনো ? —তামো গাড়ীগী চে-চাং অমদি পামিত য়াওব্রা পুরকউ হায়-রিবনি।

চে চাং পুত্নুনা অমুক হন্না চঙখি। টিকেননা হায়রমই— ওজা থরা থুজিন্নবা ঐখোয়সু ডাংনবা য়াওশিল্লুসি।

ওজা রনজিৎ, টিকেন অমদি রোমেন চঙখি। মতমচু ফাওবা ঐদি গাড়ী মনাক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈরমই। গাড়ী মনুংদা মানা মানা থোকপা পঙডাংতা ডাংনৈ— পৈশা লৌন্নবা তৌরিবা ওইরিনি।

লিলিচা অমদি শান্তিবলানা ঐবুসু ডাংনবতুদা য়াউরুনবা হায়রকখি— নংনা পুলিস দিপার্টমেন্টদা লৈবা হায়বতু থোকই।

ডাংনরিবা কয়াতু অতুম্মক তাতুনা লৈরমই। ডাইহাক লৈরবা মতুংদা বারী শান্নবা চঙলুনশিং শাওতুনা থোক্লরমই। ময়াম পুনশিন্দুনা হংলুই, করি হায়নরবগে, য়ানরব্রা ?

ওজা রনজিৎ অশাওবগী মওংদা থুম্নকই— ঐখোয়না মনিপুরদগী পুতুনা লাক্লিবা রোড পামিত মফমসিদা চৎনদে। মখোয়গী পামিত অমা পুথোরকই। বেঙ্কী তোকন মানবা অমা। মসি পায়রগা চৎলবদি নখোয়না চৎনিংবা মফমদা চৎপদা কনানসু ফাররোই। অতুবু পামিত য়াউদনা গাড়ী থৌবগী ফাইন ওইনা লুপা লিশিং অনি অমগা পীয়ু হায়রকই।

ময়াম পুন্নমক শাওনৈ, করিগী পৈশা পীগদৌরিবা পীফম থোক্লে।

টিকেননা মথা তারকই— শেলস্থু পীক্তম থোক্কে। লাক্লিবা ঐখোয়গী লৈফম কা পীয়ু, গাড়ী থৌজিনফম পীয়ু হায়রুবদা অসুম্না খুম্লকই। য়াম্না উশিং-থওইদবগী মওংদা লৈফমস্থু লৈতে, গাড়ী থমফমস্থু লৈতে, ফাইন খিফম থোকপা থিরম্লগা চংথ্রো।

বোমেননা মথা অমুক শমথরকই— ঐখোয় হৌজিক করি তৌসিগে, ময়াম পুন্না অনুক্পা থন্নসি। ময়াম অমত্তা ঙইবা খোঞ্জেলনা অমুক হুন্না ঙাংনদুনা য়েংখিসি, য়াদ য়াম্রগনা ঐখোয় চংনরোই পোত্থাফম পীয়ু হায়দুনা গাড়ী হেক্তা থৌজিল্লগা লোইরে।

ফারে, মতুনা ফবত্তারে।

ঐবুস্থু ঙাংনবদুদা য়াউক্রসি হায়বদগী ময়াম পুন্না অমুক হুন্না চঙমিন্নরকই। ঙাংনবা য়াবমথৈ ঙাংনরবস্থু, করিস্থু কান্নবা ফংলমদে। থম্মোয়দা শাওনিংবা অমা ফাওরকখি। ঐখোয়না অসুম তায়জলসিদা য়ারনি হায়বগী মতাঙুম, নমদুনা শেল লৌবা য়ারগনি খনবস্থু মানশিন্নকই। হায়জবদা য়ারক্তবনিনা মুফমা অমা দরকার ওইরে, অশাওবা মওংদা রা হায়বা হেক্তই—

মনিপুর স্টেটনা পীরকপা "রোড পার্মিতপু" মফমসিদা চংনদে হায়রবনিনা ফরে, ঐখোয়না তায়জনদা নখোয়না তাবাঁদ্রে। ঐখোয় হৌজিক মফমসিদা লৈবা তারে, লৈফম পীয়ু। আসাম স্টেটনা মনিপুর স্টেটপু শিংনবনি। ঙসি ঐখোয়না লাক্লিবা অসিস্থু মনিপুর স্টেটকী অয়াবা অমগী মথা পোন্না লাক্লিবনি। ঐত্ত পুলিস দিপার্টমেন্টদা থবক তৌরিবনি দিপার্টমেন্ট পুল্লি

হায়বগী হায়নবনি, য়ান্নদ্রবনিন। সাহেবকী আইদেন্টিটি কার্দ লৌবা তারে।

ইওক ওক্সা খুমকখি— করি তৌবগী ঐগী আইদেন্টিটি কার্দ লৌগদৌরিবা ?

—হয়েং ষ্টেট মশেল রা ভাংনরকপদা শাক্ষি ওইননবনি। ঐখোয়না খরা শাওনা ভাংনবসিদা মখোয় করি খল্লবনো খণ্ডে। মখোয় মশেল রারী অমুক শান্নরবগী মতুংদা হায়রকই, লুপা ৫০০/- দং ফাইন ওইনা থীরম্মু তাদুগা নখোয় চৎলো।

মরক থৎনা টিকেননা হায়রকই— ফাইন খিবগী রিসিভ ককলকউ।

মথং মথং মরৈ তৌনরকপদগী য়াররোই খণ্ডলক্লতুনা— মতম ভাইহাক মাঙহল্লুরে রারৌবা য়াদে। নখোয়সু নুংঙাইবা খোঙচৎ ওইদুনা চৎলো। ঐখোয়সু চৎলগে হায়রম্লগা গাড়ীদা কাখৎনদুনা মথুৎ হায়রম্লগা চৎখিরমই।

ঐখোয় ময়াম নোক নোক্লুনা রারী শানদুনা থোরকই, গাড়ীদা কাখৎনৈ, ত্রিপুরাগীদমক ঐখোয় ময়াম্মু গাড়ানা পুত্তুনা চৎপীরি। ওজা রনজিৎনা মথা তানা ভাংবা হৌরকই। পুলিস দিপার্টমেন্টদা থবক তৌবা মীশিংসে তোভানবা মখোয়গী মীনা পু থাংবা ভমদবা মরৈ অমদি নৈবক্সাৎনি। বিমোলনা ফজবা মরৈ অমা য়েৎপা হৌরকপদগী মখোয়শি তু মকোক হেক ভাওখিবক্সাৎনি। শেল পীখু হায়রম্না ময়ানদুসু পুমভোক হেক তোকখিদা। অহলশিংগী পাউরৌদা "চানিংমল্লবদি লেক্লুনা তোকই" হায়বতু নিংশিংলকই। ঐখোয়না চৎলিবা খোঙচৎসিদা

ময়ামগী মরক্তা পুলিস অমা য়াওরম্বসিদু য়াম্না কানৈকো।
— ময়াম পুন্না বা লাওনা নোকই।

নুমিৎতুগী নুমিদাংনি, লম্বীদা অৱাবা কয়া কয়া মায়োক্ক-তুনা লাক্লবা মতুংদা নোংয়াই মতুংগী পুং ১ মিনিট ১৫ চৎপা মতমদা ঐখোয় কুমারঘাদতা থুংখি। মফমতুদা গাড়ী পরেং পরেং থাতুনা লৈরমই। ঐখোয়গী গাড়ীসু খাম্মী, করি তৌরে, করিগীনো হায়না লাওতক্লবা ৱাহং কয়া অমা।

হংলুবদা হরাওনা খুপীরকখি। মফমসিদগী আগরতলা য়ৌবা লম্বীদু খুদোং থীবা খরা লৈবনা মরম ওইতুনা ইস্কোর্ট কাওবু অমনা থিনগনি তাকপীরকখি। ঐখোয় পুম্নমক জ্ঞান তানখি। মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়নুংদা থনখিবা ৱাখলনি। মফম-সিদসু ঈরাং লৈরোইরে, ময়াম ঈরাং লাংনৈ। তিল্লিবা মীয়ামদু শক-চু খেন্নৈ, লোন খেন্নৈ। মীয়াম তিনবগী হৌনবা অমনা ভাংই অমনা তাদে, মাগী মাগী অনিংবা পওভাংদা ভাংনৈ। কনাগুম্বশিংনা মতম ভাইবা ওইনা অৱাম খোৱাংবা কোক্লবা চা থক্লরি। মীওইবগী ৱাখল মান্নদে, খরা অমনা গাড়ী মনুংদা অতুম্মক ফম্নতুনা মতমদু ভাইতুনা লৈরি। ময়াম লাংনরকই চৎন-বগী খোৱাং তৌনরক্লে ইস্কোর্ট ওইবীগদবা বি, এস, এফ. লাকপা উবদা।

খুংলাই পায়বা বি, এস, এফ, অমা ঐখোয়গী গাড়ী থারিবা মায়কৈরোমদা চওশিল্লকই, অসুম্না হংলকই—
— আপ লোক কাহাঁসে আয়া হে ?
— হম ইম্ফালসে আয়া।

— কাহা জানা হাই ?

— আগরতলা জানা হাই।

— ক্যা কাম হাই ?

— ষ্টাডি তুর।

— অশা অশা আপলোকা জানা জাগা আজ কল, তো প্রোটেকটেটং এরিয়া হে। কোই বাদ নহি ইসি জগা তক্ হমারা গাড়ীকা সাদ আপলোক পহুংচাডুংগা। একবাদ য়াদরখানা জো হম কহেংগে আপলোক হমারা বাদকো মনাপরেগা।

গাড়ী থোবা হৌই, রাখলসে ইচিং চিংনৈ, হকচাংদা তুজুংবা অমদি পোকই, খাইদগী হেন্না চিংনবা পোকখিবদি গাড়ী থোরম্বদগী লেপখিবা লোয়ননা লাইট মুৎখিবা মীকুপ্তদনি খাইদগী চিংনবগী খনথেংবা মীকুপ্তো। রাখলসিদা মখল মথেলগী রাখল পরিংনা লেপ্তুনা মথং-মথং লাকখিবদো, শুক্র-মম্ববা চীংনুংগী লম্নীসিদগী নাকল্লোমদা মমায় মমিং খুম্ববা খুংলাই পায়বা লালছোবশিং চোংথোরক্লবদি ঐথোয় করম তৌবা রাখলসিতনি লুপ্পীনা, খাইদগী চিংননিংভাই ওইবা মতাংনা গাড়ী থাম্বদগী থোবা ছোরকপদা গাড়ীদা নপ্তনা য়াওরক্কদ্রা হায়বসিখক্তনি চিংনরিবা।

চিংনরিবা কয়া অসিবু খরদং ওইরবসু খুদোংথীরকপা কয়াদগী কলহৌবা ভম্বা হায়তুনা মীকুপ নাহুম শিংনা মায়কৈ মরিমক্তা কোইলৈ লৈহুনা য়েংনরি। গাড়ীগী মনিং ওইরপ্পা রোমেন, টিকেন, খেলেন ফম্ম। ওজা রনজিৎ অমদি ঐ গাড়ীগী থোং কাফম মপামক্তদা মীৎনা শিংনা ফম্মি।

ঙাইহাক গাড়ী খাম্নবগী মতুংদা অমুক মখা তানা থৌবা হৌরক্লম্মী। পাক চাওরবা অতিয়াদা থৱানমিচাক্লা মুংলি-মুংলি থোক্লনা খরা খরা ঙানফুং-ঙানফুং তৌরি। অমম্বা হীংচাবীনা তাইবং পানববু য়োংলগে হায়বগুম্না থুনা য়াংনা পাইশিল্লকপগুম, ত্রিপুরাগী চীংমায়দা হৌরিবা উজাওশিং অতুনা অকিবগী মশক ওইবা হীংচাবগী মতৌগুম মুশিন-মুশিন মুনা তুমিন তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা মীনা পীক থন্না চৎলম্বা লম্বীচু হৌজিক্তি মীগী খোঞ্জেল তাখিদরে। তারিবা হায়ববু থৌরিবা গাড়ীগী খোঞ্জেলতমক মঙাইরে। চিংনবগী ৱাখলনা ঙমখৈ লৈতনা ঈচেল নাইনা চেম্থরক্লি। করম্বা মতমদা খুদোংথিবা লম্বী-সিদগী কোক্কদবনো হায়না থন্নবসি হায়রুবা নাইদ্রবম্থ মীপুম খুদিংমক্কী অমতা ওইবা ৱাখলনি।

গাড়ীনা লেপ্তনা থৌরকপনা চীংগী খুদোং থিনিংঙাই ওইরিবা লম্বীচুদগী লাম্থোরকই। থেল মান্নবা তম্পাক তারক্লবা মতমদা গাড়ীদা তোংলিবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা নুংশা থীবগী শ্বর মপীচু শাংনা হোন্দোক্লচুনা পুক্লিং লৈতানখি। নুংশা থীবা কয়াচুবু তুংওইনরম্নগা অমম-অঙান শিন্নরকপগী মতমচুদা আগরতলা সহরদা ঐখোয়গী গাড়ী থুংখি। অয়ুক্কী পুং ৭ মিনিট ৩০ রোম তাবা মতমনি, ঐখোয়না আগরতলা সহরদা থুংখিবদো।

———

# ত্রিপুরা শকতাকপা

ত্রিপুরা ষ্টেট অসি ভারতকী অৱাং নোংপোকলোমদা লেটিচুট ২২°৫৫′ অমসুং ২৪°৩২′ গী মরক্তা অমদি লোঙ্গীচুট ৯০°৯′ অমসুং ৯২°২০′ অসিগী মনুংদা লৈ। আগরতালা ত্রিপুরাগী কোন্নুংনি। ষ্টেট অসি মাইকৈ অহুমদা বঙ্গালাদেশনা কোইশিন্দুনা লৈ। মসিগী নোংপোকলোম থংবদা মিজোরাম অমসুং আসাম লৈ। অপুনবা পাক চাউবনা স্কুঃ কিলোমিটর ১০,৪৯১ গী মনুংদা চাদা ৬০ না চীংগী লমনি, চাদা ৪০ না তম্পাক্কী লমনি।

ইং ১৯৪৭ তা ইন্দিয়ানা নিংতম্বা ফংলবা মতুংদগীদি ত্রিপুরাসু "ইয়ুনিয়ন টেরিতোরি" অমনি হায়না লাওথোকখ্রে। ষ্টেট অসিগী নোংচুপলোম থংবা মায়কৈদা আগরতলা লৈ। নোংপোকলোম থংবদনা খ্বাই কৈলাশহর অমসুং ধর্মনগর লৈ। মৈতৈশিংনা খুন্দাতুনা খুঙ্গং খরা লৈরমই। মখোয়শিং অতুদি— (১) অভয়নগর (২) উজা অভয়নগর (৩) রাধা নগর (৪) ছেছুড়িয়া (৫) বেড়ীমুড়া (৬) পড়তিকসরা অমসুং ব্রজালানি।

কৈলাশহর দিষ্ট্রিকতা খুঙ্গং মরি লৈ। মখোয়শিং অতুদি (১) জীতুর যীরপার (২) পদমানা পুর (৩) কাঞ্চনবাড়ী অমদি (৪) গোবিন্দপুরনি।

ধর্মনগর দিষ্ট্রিকতা রাজবারী কৌবা খুঙ্গং অমা লৈ। লমদমসিদা মৈতৈশিংনা খুন্দা-লৈতাতুনা লৈ।

ত্রিপুরাদা লৈবা মীওইশিংনা বেঙ্গলী অমদি মনিপুরী ভাংই। মখোয় অয়াম্বনা মপান লমগী মীশিংগা ৱারী শান্নবা মতমদদি বেঙ্গলীদা ৱারী শান্নৈ।

ত্রিপুরাদা লৈবা মীওইশিং অয়াম্বা মোঙ্গোলিয়াগী শকওঙ শাদা মাল্লি। খরা অমনা ইন্দো অরিয়ানগী শকওঙ শাদা লৌই। মখোয়শিং অয়াম্বনা কুলৈ কুচু ওইনা তৌই, মশম মুই, মীয়াই ওইনা তৌই। মখোয়গী মমা মপা মৈতৈ ওইজরবস্তু মচাশিং অসে ইন্দো আরিয়ানগী মওং মতৌ লৌই। মরমদি ইন্দো অরিয়ান-শিংগা লৈমিন চামিন্নবদগী অয়াম্বা লৌনবনি।

ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈ অয়াম্বা চাক্লা মপুং ওইবা চিঙ্গাক্নি। মখোয়না ন্নমিৎ থুদিংগী ভা, মনামশিং অমস্তুং উহৈ ৱাহৈশিং চাং নাইনা চাই। চৎনবী অমা ওইনা মী অমমমনা প্লেট অমমমদা চাক চাই, পুন্না চানিন্নবগী চৎনবীদি লৈতে।

মৈতৈশিংগী ওইবা য়েক সলাই লৈবগুম্না মখোয়গীসু য়েক সলাই তরেৎ লৈ। মখোয়শিং অদুদি (১) মঙাঙ (২) লুৱাং (৩) খুমন (৪) অঙোম (৫) মোইরাং (৬) খাবা-ঙানবা অমস্তুং (৭) সলাই লৈশাংথেমনি।

মখোয়না বেঙ্গলীশিংগা নক্না লৈবা মরমনা য়েক সলাই হেক হেক কাউথোকই। ত্রিপুরাদা লৈবা ইমুং অয়াম্বনা গোত্রদা চৎনৈ। মখোয়গী মমিং ফাওবদা বেঙ্গলীগুম্না ওন্থোকই। খুদম ওইনা হায়রবদা দত্তারোই, চাউধুরিরোই। নুপীমচাশিং ফাওবা চনু, দেবী তাদনা সিংহ তাই। ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈ খুদিংমক বেঙ্গলীশিংগা তোরোৎ-খোন্দাননা অয়াম্বা লৈ। লোন

অমদি কলচর ফাওবা ইয়ান য়ানশিন্নরগা লৈমিন্নে।

ত্রিপুরাগী থাইদগী মরুওইবা কুম্মৈ-হরাওদি দুর্গা পুজানি। ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈ অয়াম্বনা নিংভোল চাক্কোবা, লাই হরাওবা, থাবল চোংবা মুংভাইরবা কুম্মৈশিং অসি অয়াম্বনা মশক খড়নরমদে। মৈতৈশিংগী ওইবা ইনাৎকী মশান্নশিং কাং শান্নবা অমদি শগোল কাংজৈ অসি ফাওবা মশক খঙলমদে।

ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈ অয়াম্বনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎলি অমসুং শ্রীকৃষ্ণ নিংই। তৌইগুমসুং লাইনিংথো সনামহী খুরুম্বগী হৈনবীদি লৈ। মৈতৈগী লাইশোল তিনশোলগী মতাংদা শারোই খাঙবগী চৎনবী অসি মশক খঙনরমদে।

———

# আগরতলা

তাং ২৮। ১। ৯৪ ইং

অয়ুক অঙনবনি, সুগিংনা তরং-তরং থোরকপগা ঙোয়ননা অনৌবা আশাগা লোয়ননা মুভাইরবা ৱাখলনা মাংওইননা আগরতালাদা থুংই। ইরোল তিন্নবা শক-চু মান্নবা কয়াগা থেংনজুনা, ৱারী ৱাতাই শান্নবগী খুদোংচাবা কয়াজু ফংলগনি। মুংঙাইরবা ৱাখলনা লনজিংজুনা বোমেন গাড়ীদগী কুমথখিজুনা মখোংনা চৎপা হৌখি। ঐখোইবু ওকপীরমগদবা রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ থীবা হৌখি।

ৱোমেন ময়ামদা হায়রম্বা তৌদনা মখোংনা চংলি। থেংন-থেংনবা মীওইশিংদা হং-হংজুনা ওঙ্গা রনজিৎসু মজু মঙাই, টিকেন, খেলেন, নিমাই, রাজেশ অমদি ঐ থিবা লুম্বগী মনুংদা শরুক য়াখি। মীকুপ খরগী মনুংদা রাজকুমার কমলজিৎ সিংহগী লৈফম খঙলজুনা গাড়ী থৌরকুবগী হায়রম্লগা কমলজিৎকী য়ুমদা চঙলমই।

রাজকুমার কমলজিৎ সাহিত্যাগী লমদা ত্রিপুরাগী ওইনা লময়ানবশিংগী মনুংদা অমনি। আর্টস এণ্ড কলচরগী দাইরেক্টর ওইনা পুবীরম্বা হৌজিক্রা থবক্তগী পোখ্বাবীরবা চোংথাম সমরেন্দ্রা সিংহনা ত্রিপুরাগী শক্লাইরবা সাহিত্যাকার অসিগা উননবা অমদি মাগীদা থুংলনবা শিননিরকখিবনি। মহাক্কী লমজিং লমতাক্কী মখাদা ঐখোয়না ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈশিংগা উন্নজুনা ৱারী ৱাতাই শাবা ফংগদৌরিবনি।

য়েংবদা নিংথিজৈ, য়ুমগী নাক-য়েংতা ক্না-পান্বী কয়ানা লৈরতং ওইদুনা য়ুমগী ফজবগী মগুন হাপকংলি। ওজা রনজিংকী মতুং ইন্দুনা টিকেন, রোমেন, খেলেন, নিমাই, রাজেশ অমদি ঐ পুম্না চংই। অতৈনা গাড়ীদা ফমদুনা লৈহৌরি। টিকেন হেরিতেজগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইনা হৌজিক হৌজিক থৌ পুখি। রোমেনসু হেরিতেজগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরমই। মতম শাংনা থবক খৌরম কয়াদা মশাগী অচিন্নবা কয়া কাইথোক্লুনা মীয়ামগী য়েংদুনা হোৎনরমই। হৌজিকসু ময়াম মরক্তা য়াওদুনা অওম্বা হোৎনরি। অদুগা লাকমিন্নরিবশিং অসিসু হেরিতেজগী মরুওইবা মেম্বরশিংনি।

ঐখোয় খরা চঙলমই। শুমাংদা ডাইহাক লেপ্লুনা লৈ। ওজা রনজিংনা কৌদুনা হংলমই— য়ুমসিবু পাবুং কমল-জিংকী ওইবিরব্রা ?

ইমুংদগী মীয়াই চল্লবা অহল অমা থোরক্লমই। ঐখোয় ময়াম লেপ্লুনা লৈরম্বা উবদা ইওক ওক্লা য়েংদুনা লেপই। হংলকই, ইচাশিং ময়াম লাকপবু করি হায়বগেনে ? ঐনি কমলজিং হায়বদো। ঐবু, শক অমুক্তসু উখিদবগুম তৌই।

ওজা রনজিং, মোমোন নোকই, অদুগা হায়— পাবুং ঐখোয় মনিপুরদগী লাকওবনি।

অহল ওইরবা কমলজিং অংকপগা লোইননা তৌফম থংদনা হুঙ্গং-হন্দা চংভুনা লৈ, মরাইবক্তা মখুৎনা শুনা শুনা মচানিপাবু কৌরমই— মনিপুরদগী ময়াম লাক্লি কয়নবা চৌক্তি পুথোরকউ।

মচানিপানা চৌক্রি পুথোরক্লুনা থারি। ঐথোয়সু ফমই।

কমলজিৎ— ঐবু ইওক ঙাক্লে। ঙসি নথোয় ময়াম্না লাকপা উবসিদা।

রনজিৎ — পাবুং ঐথোয় মাঙজোননা চিঠিসু থাজখিবনি, লোয়ননা তেলিগ্রামসু তৌজখিবনি।

কমলজিৎ— ঐঙোন্দা অমতা ফংবা লৈখিদে।

রনজিৎ — পাবুং ঐথোয় লোয়না থাজখিবনি, কমদৌনা ফঙ-ব্রিবনো? অংকপা অমদি ওই।

কমলজিৎ— [মখা তানা অমুক হৃঙলকই]— নথোয় মী কয়ানো লাক্লিবদি?

রনজিৎ — পাবুং ঐথোয় তরামন্নিনি, নুপীমচা মঙাসু য়াওরি, গাড়ীগী মী মরিগা পুন্না তরানিপালনি।

কমলজিৎ— ঐনা থল্লিবসে, নথোয়না ঙাইহাক পোথানবসিনি। মথন্তা ইরাং লাংই, তৌফম থঙদবগী মওংদা, মচানিপাবু কৌরি। চঙশিল্লক্লুনা মনাক্তা লেপই— প্রেমাথোয়দো খরা কৌরুচো। মনিপুরদগী টিম অমা লাকই য়াম্না থুনা লাক্কবা য়াদে হায়রম্মু। [মচানিপা চংখিরমই] নথোয় কনা কনা লৈ। ইচাশিংসে লম থাপ্পা লাকপগী ব্রারম্নগনি, চাগা খরা থুনা লোল্লকউ।

মথন্তা ঙাইহাক্কুদি পুম্নাং লাংই। নুপীমচা অমনা চা পুত্নুনা থোরকই।

লমশাং লাকপগী ব্রারম্নগনি চাসি অমুক্তা পায়বীয়ু, ঙাইহাক্কুং ওইরবসু অরাবা পোথাবীয়ু।

ঐথোয় চা পাই, ব্রারী শান্নত্নুনা ফম্লী।

প্রেমা নহা ওইরিবা অইবা অমনি। ত্রিপুরাগী অইবা কয়াগী মনুংদা নহা অমা ওইনা শকনাইরবা মীশক অমনি। ময়াম ফমত্তুনা লৈরম্লীবত্তু করিমতা থওই বাওইদনা প্রেমা চঙলকই প হায়রকই— ময়াম লাকই তাবদা থুনা হেক্তা লাকচরবনি। অত্তুবু অহানবমক্তদা ময়াম শকখঙ মায়খঙনরবদি ফৈ।

ওজা রনজিৎনা অমমমতা ওইনা শক্তা মিংগা তাক্লম্মী। ময়াম পুম্নমক্কী লোয়রবা মতুংদা মহাক [প্রেমা] মশামক্কী অমুক শকতাকচরি।

ঐ মনিপুর সাহিত্যাগী মতাংদা ওজা কমলজিৎকী হেক ঙমথংনি। অত্তুবু লাক্লিবা ময়ামসিগী মনুংদদি সাহিত্যাগী লমদা মরী লৈনবা ইয়াও য়াওনীরক্তমাল্লে।

মানা ঙাংলিবা কয়াত্তু তুমিন-তুমিননা অত্তুম্মক তাই। মহাক্কা [প্রেমা] ঙাংলিবত্তু তানিংলমগনি, তানিংলম্লোই হায়বা করিমতা খন্দনা মথন্তা অত্তুম্মক ঙাংই। ঐগী পুক্নিংগী ওইবা বাখলদা, মশা মথন্তা পংথাদা থাগৎচবা পংচাউদা চাউজবা মী কয়া অমম্তু মফম মফম খুদিংদা লৈরিবজাৎনি। রারী শানা শাননা তৌগদবা থবক কয়া অমা খৈন্নে, ঙাংনৈ। ঐখোয় ময়াম্না পোখাবা য়াননবা মফম অমা থুনা শিন্নবা থোরাং তৌবা চুমই খল্লত্তুনা কমলজিৎকী য়ুমদগী পুল্লপ থোরক্লমই। অহল ওইরবা পাবুংনা [কমলজিৎ] লমজিংবীত্তুনা অনকপদা লৈবা অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদা য়োক্লরবগী মতুংদা নুংথিলগী পুং ১ মিনিট ৩৫ চৎপা মতমদা অমুক হল্লক্লুনা অভয়নগরদা থুংলম্মী। গাড়ী থামই, ময়াম কুমথৈ পোৎ-চৈ লৌথনৈ লোয়ননা চান-থক্লবা শিন লাং তৌনৈ।

কমলজিং — মফমসিদা ময়ামগী পোথাবদা খাইদগী খুদোং চারগনি খল্লী। ময়ামগী চাক ঈশিং, থোং থাকপদা অরাৎপা দরকার লৈবা খুদিংমক ইমুংসিদা তায়বীয়ু ঐনা লোয়না শিনজরয়ুবনি। ঐ অমুক লাকচগে ময়াম ডাইহাক পোথাবীরম্মু।

রনজিং— ফগনি পাবুং লৈজহৌরগে। অতুবু পাবুং, হায়জনিংবা রাফম অমনা, পাবুংনা শিনবীহুনা ময়ামগা অমুক্তং উন্নবদো শিনবীয়ু।

কমলজিং — শোইদনা শিনগনি, ঐ চৎলে।



# অভয়নগর

তাং ২৮ । ১ । ৯৪ ইং

চাওরবা মণ্ডপ অমগী মন্নুংদনি ময়াম ফম্নবা য়াও, বেদিং তিংথোক্লুনা হিপ্লবা য়াও লমশাং লাকপগী অরাবা কয়াদু ভাইহাক পোত্থানরি।

য়েংবদা অসুক্কী মতিক ফজে অভয়নগর, য়ুমথোং খুদিং য়ুবী কানা য়ুমগী লৈতেং ওইনা হৌরি, য়েংবদা নিংথিজৈ। য়ুমগী মওং মতৌ উবদা য়াম্না চেকশিনবা মওংদা লোইনমক ওই। থম্মোয়দা হায়ফম খঙদবা নুঙাইবা অমা ফাওরকখি। লম লাপ্পা লাক্লগা মফমসিদা ঐখোয়গী ইরোল তিন্নবা, শাগৈ জাৎ তিন্নবা কয়া অমা লৈরমদুনা ঐখোয়বু হরাও হরাওনা নুংশিবীবা মওংদা তৌবীখিবা কয়াদু থেংনখিবা মীকুপ্পুদা থম্মোয়-মুংদা ফাওরকখিবা নুংঙাইবগী ইথিল অদুদি মীয়ামদদি ফোংদোকপা ঙমজদবদা মঙাইরে অসুক্কী মতিক ঙমখে লৈতনা নুংঙাইখি।

নুংঙাইবগী থংনবা মীকুপ্পা ইখঙ খঙহৌদনা মাইথোং মকশিল্লি, নুংশা থীবা মতৌগুম লুমাং মরিক-মরিক কারকখি। ঐখোয়না থুংলুরিবা ইমুং অদুগী নুপীশিংগী ফিজ্জেং চাকচাদা অহোংবা কয়াবু উরুবদা তুমিন্না ভাইহাক মীৎ কুপ্পুনা য়েংদুনা লৈখি।

নুংশা থীবা শ্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোকখি। থম্মোয়-মুংগী ওইবা ৱাহৈ অমনা অসুম্না শোন্দোকখি— মৈতৈগী ওইবা কলচর পুম্নমক মফমসিদা মাঙথ্রব্রা? মনিপুরগা পুরা খেৎনবা

অমা ওইনা উখ্রে মফমসিদদি। য়ুম পাল্লবী নুপী অমনা শারী ফুল শেংলী, লাইবক্তা অভাংবা শিন্দুর নম্লী, খুদাংদা মোইবুং খুজি শিরি, মৈতৈগী ওইবা কলচরগী ফি শেংপা ইউ উবা ফংদে।

খেলেন চংলকপা, লেংবান্দা পায়রক্লনা হংলকই— কৈদোরে নংনা তুমিন্না অভাওবদোনা রাস্থ ভাংদনা তুমিন্না লৈরিবদি।

ঐ জ্ঞান খঙতা তাই— খেলেন য়েংউনে নুপী ওইবীগী ফিজেৎশিংসে ঐখোয়গা পুরা খেন্ননা উরিবসিদনি ঐনা ভক্লুনা লৈরিবা

খেলেন্না খুমই— ঐস্থ ভক্লিবনি। পুরা খেন্ননা উবসিদা মৈতৈ কলচরগী ওইবা কয়াগী রাংমদা লৈরম্লে মফমসিদা।

নুমিদাংবাইরমগী মতম য়োৌশিল্লক্রবদা ময়াম কাংলুপ ১/২ শেম্নগা অনকপা য়ুমশিংদা চং-চংক্লনা উন্নবগী থবক তৌরুরবগী মতুংদা ময়াম পুন্নমক হলক্লনা পোখানখি। নুমিৎতুগী নুমিদাংক্ল অক্লনক হৌখি।

———

# লাইশঙ উরুবদা

তাং ২৯। ১। ৯৪ ইং

মথংগী নুমিৎনি, অয়ুক্কি, কাঙলুপ অনিথোক্লা শেমদোকই। অতোপ্পা কাঙলুপ অমদা খেলেন, উষাকিরন, বিমোলা, মিনা, রাজেশ, নিমাই মখোয়গী কাঙবু অমা, অতোপ অতোপ্পা মফম কয়াদা য়ুমথোং খুদিং চংদুনা সেন্সস খোম্না চৎপা হৌখি।

নোরেন, লিলিচা, শান্তিবলা অমদি ঐ ইল্লাপ লাপ্তুনা খুলদুগী রাজেন কৌবা নিপামচা অমগী লুচিং মখাদা ঐখোয়সু সেন্সস ইবা হৌখি। তশেংনা হায়রগদি ইমুংদুগী মী কয়া চারি, চহি কয়া শুরে অসিনচিংবা মথং-মথং হংলকপদা কনাগুম্বশিংনা করিগীনো হায়না হংলকপসু ময়াওই। হংলক্লনা মথং-মথং চিংথদনা অসুম হায়রকপসু য়াওই।

শান্তিবলা মখুক্তা কলম পায়, অসুম্না হংলি—

— পাবুংগী মিং করি কৌবীবগে ?

— খুম্লকই— ক্ষেত্রিময়ুম সাবীত্রি সিংহ।

— পাবুংদি করি করিদি শুবীরি ? ইমুংসিগী চানা থক্লবা পুম্নমক পাবুংনা শিনবীরিকো ?

— ঐনা লোইনা শিল্লে।

— পাবুংগী চহিদি কয়া শুবীরে ?

— চহি ৫০ শুরে।

অসুম মথং-মথং লাকপদা লাইনিংথৌ পুখিংগী লাইশঙ থেংনখি। লাইশঙতুগী মনাক্তা লৈবা য়ুমতুগী মীদা মখা তানা

হংখি— মফমসিদা লাইফম কয়া লৈবগে ?

খুম্নকই— (১) পুথিবা (২) পাখঙবা হায়বা অনি লৈ।

পুথিবাঃ— পুথিবা (উমং লাই) অসি ত্রিপুরাগী আভয়-নগরদা লৈ। মহারাজ বির বিক্রমগী মতমদগী ইরাংপা হৌরকখি। লাইশঙ অসি ময়েঙবম নিলকোমোল সিংহ কৌবা অমগী ইঙ্খোল মনুংদা শাই। ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈ অমদি বেঙ্গালীশিংনা চহি খুদিংগী ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১৩ দা "চাকলোন কংপা" হেক হেক পাঙথোকই।

— লাইনিংথৌ পুথিবা অসি হৌজিকসু লাই হরাওরিব্রা, হরাওদ্রব্রা ?

— হরাওরম্মী, হরাওখিদ্রে।

— মতৌ করম্না হরাওবা তোকখিবনো ?

— মাইবা মাইবী লৈতবদগী লাই হরাওবা তোকখিবনি। হৌজিকসু মাইবা মাইবী লৈরগদি অতুম্মক হরাওবা য়াই। মৈতৈশিংনা লাই হরাওবগী মতমসে লাংবন, মেরা অমসুং হিয়াঙ্গৈদা হেক পাঙথোক্লমই।

— লাইনিংথৌ পুথিবসি মুক্তি ওইনা লৈব্রা ?

— লৈ।

— করি করি সুমিংত্তা থোং হাংবগে ? সুমিংতু নংঙনা অতৈ মতমদদি হাংবা য়াদব্রা ?

— থোং হাংবগী সুমিংতি চয়োল অমগী মনুংদা ইরাই নুমিং খুদিংগী হাংই। অতৈ মতমদসু অতুম হাংবা য়াই।

বারী শানা শানা লাইনিংথৌগী লাইশঙ ময়াদা লেপ্লী। লুনা নাম্না ময়েক থাবা Foundation Stone অমা উই। চঙশিন্দুনা য়েংই, অস্তুম্না থারম্মী।

Lainingthou Puthiba Manipur
Culture Centre
Foundation Stone laid by
R.K. Joysana Singh *
Chief Minister of Manipur
On 13th October, 1988
of Avoinagar.

পুক্নিংদা খনখি, মনিপুরগী চিফ মিনিষ্টরনা ফাউন্দেসন স্তোন য়ুংলম্বা উবদা ত্রিপুরাদা লৈবা প্রজাশিংগা মতম লৈবা খিবিক্তা খুৎশন্নহুনা চংমিন্নে হায়বগী থাজবা অমা উবা ফংখি। পুক্নিংদা নুংঙাইবা অমদি ফাওরকখি। মথা তানা খঙনিংবা অমগা লোয়ননা অমুক হংই— পুথিবগী দি মরীক চুম্না তাকপীরে, পাখঙবগী মরমদা খরদংগা খঙজনিংই।

ঐখোয়না খঙনিংনা হংবহুদা, পাখঙবগী মরমদা হায়বী-রকখি।

পাখঙবাঃ— পাখঙবা লাইশঙ অসি আগরতলাগী মনুং চন্না লৈবা বানমালীপুরদা লৈ। লাইশঙ অসিগী চয়োল অমগী মনুংদা নোংমাইজিং নুমিৎতমক লাই খুরুম্বগী মতম ফংই। চহি অমগী মনুংদা শজিবুগী নোংমা পানবা নুমিৎ খুদিংগী "চাকলোন কৎপা" মীয়াম পুনবগী থৌরম অমস্তু পাঙথোকই।

---

★ R.K. Joychandra Singh

— য়াম্না মুংঙাইজরে, ঐখোয়না খঙজদবা কয়া খঙজনিংহুনা হঙজবদা লৈবীরম্লিবা ময়ামগী মতেংদগী পুথিবা অমদি পাখঙবা অনিগী বারীশু খঙবা ঙমজরে, ময়াম অমুক হন্জনবা তৌজরগে।

ঐখোয় পুন্না থোরকই, পুং তারা তারে, ময়াম হন্নরক্লম্নগনি, চংলসি লাকও হায়হুনা ঐখোয়না লৈরিবা মাণ্ডপ মফমহুদা তপ্পা বারী শাহুনা লাক্লি। মথং মথং চঙনরক্লগী। মফমহুদা লেঙদনা লৈহৌবশিংনা চান-থক্লবা শেম শাবা কন্না হোৎনরি।

মিনা অমদি বিমোলা নুপী মরক্তগী শিঙথাবা য়াই। লাক্লিবা ময়ামগীদমক অয়াম্বা মতমদা চানা থক্লবা অশিল-অরাং তৌই। অরাবগী মমি মায়থোঙদা তাবা উদে। অহল অমা ওইনা লেম্না লৈবা য়ারবা এক্জা রনজিৎ, চংলিবা ময়ামগী য়েংহুনা অরাং অপা অহুম য়েংশিল্লি। চাওরবা মাণ্ডপ অহুগী মনুংদনি, পরেং অনি থোক্লা চাকলুক লা থাই, চাক হাপ্পা হৌই, হাপ্পা লোয়রহুনা ময়াম মথং মথং চঙশিন্দুনা ফমথনৈ। চাক চাবা হৌই। মিং ওইনা পল্লবদা মিনা, বিমোলা, লিলিচা, শান্তিবালা অমদি উযাকিরন ময়ামগী অরাং-অপা হঙ হঙহুনা হাপ্পী। হাওবা হাওতবা বা-বা নোক্লনা চামিন্নবগী মুংঙাইবহু কাউবা য়ারোই। অমুকসু নিংশিংনিংঙাই ওইরিবদি চাকলুক্কা লাঙতক তৌবা হবাই মহিনা হৈথবদা, ঈপান থাদা ঈমাই চোল্লবা তোর্বাননা ঈশিংগী ঈথক ঈপোমদা খাঙবা ঙমদনা তোর্বান নিঙখাইরকপগুম, হবাই মহিগী ঈচেলনা চাকলুক্কগী লৈমায় তম্না চেন্থরকখিবহু নিংশিংহুনা অহুম লৈহৌরগনি।

———

# ছেছড়িয়া

**তাং ২৯ । ১ । ৯৪ ইং**

মুংথিলগী মতমনি, ওজা রনজিংকী কাংলুপ্তা রোমেন, লিলিচা, শান্তিবলা মখোয় মরি অমা অতুগা লেমহৌবা শরুক মথৈনা ছেছড়িয়াগীদমক গাড়ৌদা কাখৎনরি। লৈহৌরিবা হায়ববু বিমোলা অমদি মিনা মখোয়তনি।

শান্তিবলা, লিলিচা মৈতৈগী ওইবা মৈতৈ নুপীগী চপ চাবা ফিজেং শেংতুনা মৈতৈ নুপীগী শক্তম তাক্লি। য়েংবদা নিংথিজে মফজে ইনাংকী ওইবা কলচর অমগী শক্তম তাকপা হায়বসি নুপী ওইবীশিংগী মফমদা পুয়মক লৈ, নুপা ওইবশিংদা কলচরগী শক্তম তাকপা ঙম্লোই।

আগরতলাগী ষ্টেট ম্যুজিয়ম, দাইরেক্তর আর্টস এণ্ড কলচর-নচিংবা ওফিস চঙবা মতমদা শান্তিবলা অমদি লিলিচা মৈতৈ নুপীগী অনানবা ফিজেংতা ফনেক মপান নাইবা শেং, মোইরাং-ফিজন হৎপা ফি ইন্দুনা চৎপতুদদি ময়াম্না য়েংনৈ, হংনৈ, কদায়-দগীনো ? নখোয়না ইল্লিবা ফিডু পৈশা কয়া পী ? এখোয়দা থাবীরকপা য়ারোইদ্রা ? হাহং কয়ানি। তাঞ্জা ফংবতুদা মনিপুরগী থুং-শা হৈবা ফিশা লোনশা, অমসুং কলা সংস্কৃতিগী লমদা নুপীশিংনা তম্লীবা খুদোল অমসুং লৌরিবা থৌদাংগী মরমদা ময়ামদা খরা খঙহনবা ঙম্বদা অস্তুকী মতিক মুংঙাইবা পোকই। মাইকৈ অমরোমদা অমুকস্থ হৌজিক ফাওবা মনিপুর অমসুং মনিপুর নুপীগী ফিজেং করিনো খঙদবা ভারতকী অতৈ লমদা মী য়াম্না লেরিবোই খল্লুবদা থম্মোয়দা মুংঙাইতবা পোকই।

মনিপুরগী হ্যেন্দলুন অমত্তং হেন্দিক্রাফটকী পোৎচৈ, হি-রোংলনচিংবা অশি মপালগী লমশিংদা মরাং কায়না থাদোকপা ওন্নবদি মনিপুরদা আয় হেন্না লাকনি লোয়ননা মনিপুরবু হেন্না হেন্না মশক তাকপা হেনগৎকনি নিংই।

মাইকৈ অমরোমদা খেলেন, টিকেন, নোরেন, নিমাই, রাজেস অমদি ঐ ময়ামতুগী মরক্তা উবাকিরন য়াওখি। ঐখোয়বু রাজু অমদি মীয়াই চন্নবা অহল ওইরবা রাজেননা লমজিংবীখি। ছেছুড়িয়া কাওবগী লাকপদা লম্বাদা লৈরম্বা বোরজিলা পারতি-কশারাদস্তু চংলম্নগা গাড়ী থোরকখি। পুং ৪ঃ৩০ তাবা মতমদা ছেছুড়িয়াদা থুংখি। গাড়ীদগী কুমথৈ।

য়ুমথোং খুদিং চপবা হোই, চওলুবা য়ুম খুদিংমক ঐখোয়বু হরাও-তন্নায়া তৌবী, মখোয়দা মুংওাইবা রাখল অমা ফাওই ইরোল তিম্নবা ইনাৎ পুম্নুবা মরম্না ঐখোয়বু থাপ্পা লাকপনি অমুকী মতিক নুংশিনা শোনবীখি।

ঐখোয়না অমুম কোইনা চংলকপদা "আভয়নগর" দনা য়ুমরেং শাংনা তাবা উবা ফংদে। মৈতৈগা বেঙ্গালীগা য়ুম য়েৎন-য়েৎনদুনা তাবা উবা ফংই। ছেছুড়িয়াদদি মৈতৈগী ওইবা য়ুমরেং পরেং-পরেং, শাগৈ পুন্নপ পুন্নপ তাদুনা লৈবগী মৈতৈগী ওইবা মওংতু উবা ফংখি। য়ুম অমদা হেক চওলুবা মতমদা পীক-পীথক তৌবীরকপনা অয়াম্বনি। য়ুম-য়ুম চংদুনা সেন্সস ইরি।

ঐনা ময়াম্না সেন্সস ইরিবঁ মরক্তা ছেছুড়িয়াগী মীয়াই চন্নবা অহল ওইরবা চন্দ্রমনি ময়েংবম, মশাগী চহিনা ৬০, শিনফম্না

ওজানি• ময়ামগা রারী অসুম শান্নজবদা ঐনা খঙনিংনা হঙখিবা রাহং কয়াদা মহাক্লা অসুম্না রারী মতেক অমা লীবিরকখি। য়ুমনাক শাগেদি অসুম লৈ• কয়া তোয়না শিজিন্নব্রবা ওইরনা য়ুমনাক শাগে কাউনবা য়াওরক্লে। অমনা য়েক্কী মতাংদদি গোত্র ওইনা অয়াম্বা চংনরে।

ঐনা মখা তানা অমুক হঙবা রাহংনি—

— পাবুং লুহোংবা মতমদদি য়েক সলাই অয়াম্বা কাওথোক্ল• ত্রবনিনা য়েক সলাই মফম খঙদনা অতুম্মক য়ুম্পানবগী লম্বীদা চংথনব্রা ?

— ইবুঙো য়ুমপানবগী মতমদদি য়েক-সলাই অমুক থিগংনৈ।

— পাবুংদগী মমল য়াম্নবা রাহৈ কয়া• লাকচরিবা ঐখোয়না খঙবা ঙমজদবা কয়া অমা তাকপীবদগী খঙবা ঙমজরে, অতুগা পাবুং অমনা নহারোলগী ওইবা ক্লবনচিংবা ময়াম উন্নবগী খুদোংচাবদি লৈতেকো ?

— ইবুংঙো লৈ।

— পাবুং ঐখোয়না হায়জনিংবা রাকম অমনা ঙসি ঐখোয়না মনিপুরদগী লাক্লুনা লমদমসিগী ইপা-ইপু, ইচিল-ইনাও কয়াবু অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবা, অমত্তা ওইনা চাওখৎপগী লম্বীদা খুৎশন্ননা চংমিন্ননবা হায়তুনা লমদমসিগী লৈরিবা অহললোন, নহারোল কয়াবু চংমিন্নবা• ঐখোয়না লাকচরিবা অসিগুন্না ত্রিপুরাদা তারিবা মৈতৈ হায়বা কাঙলুপ অসি অমগা অমগা উন্নবগী খুদোংচাবা পীনব্রগদি হৌরম খুদিংমক্তা ময়ামগী ওইবা অপুনবা থবক পাঙথোকপা থরা

বানা খোকত্রা হায়বসি লাক্লিবা ঐখোয়গী থাজবনি। তোইনা উন্নবগী মতম অমা লৈত্রগদি নকশিন্নবা মরী থম্না ওন্নোই। ঐখোয়না হায়জনিংবদি পাবুং ঙসি ঐখোয়না লাক্লগা অচেৎপা মরী থম্নবা লাকচরিবা অসিগুম্না ত্রিপুরাদা লৈরিবা অতোপ অতোপ্পা খুঙ্গংশিং আভয়নগর, রাধানগর, ছেছুড়িয়া, কৈলাশহরদা তারিবা খুঙ্গংশিং অমদি ধর্মনগর, সদর, শোনামুড়াদা তারিবা মীওইশিংগা চয়োলদা নত্রগা থাগী ওইনা অমুক অমুক্তং উন্নবগী মতমত্তু লৌবীরগদি নোংমদি শোইদনা অপুনবা অমা ওইরক্লনা মৈতৈ ঐখোয়গী ইনাৎ কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরকপা মতমদা খুদোংচাবা ওইগত্রা হায়না পাবুংখোই ময়ামগী মফমদা থমজনিংই হাফমসি।

— ইবুংঙো নঙনা হায়রিবা খুদিংমক্তু অচুম্বা হাফমনি, উন্নত্রগদি করম্না বা ঙাংনবা য়াগনি। ঙসি ইচা ওইরিবা নখোয়না ত্রিপুরাদা মৈতৈ লৈরী হায়তুনা খোঙ্গুল লীবিরক্লবনিনা ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈশিংগা মনিপুরদা লৈরিবা মৈতৈশিংগা নোংমদি চাওখৎপগী লম্বীদা খুৎশন্নবা শোইদনা চৎমিন্নবা ঙমগনি হায়না থাজবা পোকই।

ফন্নম্বদগী হোৌগৎলি— পাবুং ঐখোয় অমুক চৎচরগে।
— চৎলো চৎলো ইচাশিংনা তৌরু-তৌরুবা খুদিমক্তা মঙ্গল ওইয়ুকো।

ন্নংশিরবা বাহৈ কয়ানা চৎলিবা ঐখোয়বু মঙ্গল পীবী-রকখি। করিন্নু খঙত্রিবা ঐখোয়না ত্রিপুরাদা লৈরিবা মীওইশিংগা উন্নতুনা বারী শান্নবা মতমদা থাগৎ বাহৈ, ন্নংশিবীবা কয়াসি

উকরগা ঐখোয়না মঙলিবা মঙসি নোংমদি শোয়দনা মংকাঙ-নগনি হায়বসি চৎলিবা ঐখোয় পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবা অচেৎপা থাজবনি।

ময়াম পুনশিল্লগা খন্নৈ, মতম শাংদনা বেড়ীমুড়াদা চৎলবা গাড়ী কাখৎলী, বেড়ীমুড়াগীদমক ছেছুড়িয়া তুংওইননা থগ্গা গাড়ী খোবা হৌই। মতমদু সুমিদাংবাইরমগী পুং ৬ মিনিট ১২ রোম তাবা মতমনি।

# বেড়ীমুড়া

তাং ২৯ । ১ । ৯৪ ইং

আগরতলা সহরদগী কিঃমিঃ ১৫ রোমদং চৎলগা বেড়ীমুড়া খুঙ্গং ফংই। নুমিদাংগী মতমনি। চৎথোক চৎশিনগী খুদোং চাবা খজিক্তুং থাংপনা মতম শাংদনা পুং ৮ ফাওবগী মনুংদা গাড়ী মনাক্তা থুংনসি হায়নরগা মী ২/৩ না শাবা কাওলুপ থরা থোক্লগা ঐথোয়বু লমজিংবীরকপা রাজু অমদি রাজেননা মফমচুগী মীওই থরগা লোয়ননা চৎলিবা ঐথোয়বু মখোয়না অভম্বা মতেং পাংবীরি। য়ুমথোং খুদিং চওনবা হৌই।

খেলেন অমদি ঐ য়ুম অমদা চংই। লাইবক ফবা হায়গদ্রা লৈকাইগী মীতিনক্কম ইমুং অমা ওইরমচুনা অহল নহা মীওই তরামুক তিনবা অমা থেংনরুচুনা খেলেন অমদি ঐ ফমথে। মথং-মথং ভাংনবা হৌই।

— পাবুং তশেংনা হায়রগদি মৈতৈ অমা ওইনা ইশাগী ইরোল লৈনা লৈনা ইশাগী ইরোল খওজদবা বেঙ্গলী ময়েক্না ইশাগী ময়েক ওইনা শিজিন্নবা, ইংলিস ময়েক্না ইচুনা ইশাগী ময়েক লৈতবগী মওংদা অসুম লৈবসিনদি নোংমদি শোইদনা মীয়াম মমাংদা ইকাইবা ফংলকনি। ইশাগী ইরোলবু অমুক্তং খওননবা হোৎনবা হায়বসি তুংগী য়ুম্বীরেল ওইরক্কদোরিবা নহারোলশিংগী চাওরবা থোদাং লৌফম অমা থোকপ্রা খন্দুনা তিনবীরিবা অহল-লমন অমদি নহারোলশিংদা থাফমসি থমজিনিংই।

— খেলেননা হায়রকই হায়রিবা থাফমসে অচুম্বনি। নোংমদি

শোয়দনা ইশাগী ইরোল খঙজদনা অসুম্মক লৈখিবা তাবদা মীয়াম মমাংদা ইকাইবা নঙবা শোইদে।

খুলদুগী অহল অমনা খুম্মকই— ইবুংঙো নখোয়না খল্লিবা বাখলশিংদু অচুম্বা বাফমনি ।নফমসিদা ময়েক লৈতে, স্কুল লৈতে, তম্বীনবা ওজা লৈতে, অরাবগী মশক্তি।

খেলেন্না অমুক হায়রকই—পাবুং মতুগীদি থোইনা বানিঙাই লৈতেদা, ঐখোয়নসু ময়ামদা লোন তাকননবগী লাইরিক কয়া পুজরক্লি। ক্লবকুম্বা অমদা মনিপুরগী চৎনবী কয়া ইবা লাইরিক, মৈহৌরোলগী ওইনা কয়া শুনা য়াওজরি ময়ামদা পীজরম্নবা।

— নুংশিদা ইবুংঙো নখোয়না হন্দক লাক্লিবা খোঙচৎ অসিদি, মৈতৈগী ওইবা অচৌবা থৌদাং অমা লৌদুনা লাক্লি। শোইদনা মীয়াম মমাংদগী ইকায়বা নঙলক্কদবা কয়াদুদগী শোইদনা কনবা ঙম্নগনি।

ঐনা হায়— খেলেন পুং ৮ তারে ময়াম ঙাইনদুনা লৈরম্ননি থোক্লবা তৌরসি।

খেলেন্না, পাবুং ঐখোয় অমুক য়ৌননবা তৌজরগে। ময়াম্না শোয়দনা ঙাইদুনা লৈরম্নগনি। ফম্নম্বদগী হৌগৎপগা লোয়ননা ইমুংদগী মপান থোরকই।

— ইবুংঙো ঐখোয় অসুম লৈহৌরগে।

— ফগনি পাবুং ঐখোয় য়ৌজরে।

খেলেন অমদি ঐ থোরক্লুনা গাড়ী মনাক্তা ঙাইহাক লেপ্পী। ঙাইহাক্কী মতুংদা অয়াম্বা মী শুরদুনা গাড়ীদা তোংখৎনৈ, অমুক হন্না অভয়নগরদা হল্লক্লম্মী।

গাড়ী মনুংদা মানা-মানা থেংনরুবা, ভাংনরুবা কয়াতুগী মতাংদা রারী শান্নতুনা লাকখিবনা য়োথিবা খঙহোৌদে অভয়নগর, গাড়ীদগী হেক কুমথবগা চঙলকই।

মগুপ্পা খুলতুগী শকনাইরবা কয়া অমা ফমতুনা লৈরম্মী। ঐখোয়সু অসুম্মক ফমথরে। ময়াম ভাংনৈ মানা-মানা পাম্বা মত্ত পীনতুনা।

রাজকুমার কমলজীৎ, লোনগী মতাংদা ভাংলকখি— ভসি ঐখোয়না ত্রিপুরাদা মীগী মরোলনা ময়েক ওইতুনা ইবা পাবা তৌতুনা লাক্লি শাংলবা মতমসে। মসি ফাওবদা থবক ফংবগী মাইকৈদা অসুক্কী মতিক শোংথরি, মরকসিদা ঐখোয়না ইমা-লোলনি হায়তুনা মৈতৈলোন হৈরুরগসু কান্নবা পীগদবা মান্দে। অতোপ্পা রাফম অমনা স্কুল ফাওবদা ইরোল তমজনবগী খুদোংচাবা ফাওবা লৈত্রি।

রনজিৎ— পাবুং প্রাইমারি স্কুল ফাওবদি ক্লাস ১/১ ওইনা মৈতৈ মচা তম্লিবা স্কুলশিংদা য়াওহন্নবা শিনবীবা য়াবগী মতাং লাক্রেনা, ৮ শুবা সেত্যলদা চল্লবা লোল অতুবু প্রাইমারী স্কুল ফাওবগী থাক্তা ক্লাস অমা য়াওহনবীয়ু হায়না ত্রিপুরা সরকারদা হায়জরুবা মতমদদি থোইনা মাই খুনিভাইদি ওইদেনা।

কমলজীৎনা মখা তারকই— মসিগী মতাংদা ঐখোয়না হোৎনবা য়াবা কয়া অনসু হোৎনরুবনি, ভসি ফাওবদা মায় পাকপা ঙমদনা লাক্লি।

রনজিৎ— পাবুং মসিগী মতাংদা ঐখোয়গী মনিপুর সরকারদা হায়জবা য়াবা হায়জগে অতুবু লুরিবদি ত্রিপুরাদা

লৈরিবা মৈতৈ ইপা-ইচা, ইচিল-ইনাও কয়াগী খোল্লাও অহুদি ঐখোয়না মনিপুরদা পুন্থনা চৎলগস্থ পাবুংখোই ময়ামগী অপাম্বা কয়াত্তুদি মনিপুর সরকারদা অইবা অমা ওইনা থাবীত্রগদি ঐখোয়না হায়জরুবা ভাক্তনস্থ তাবীরোই।

কমলজীৎ— নহাক্কী রাফমত্তু য়াম্না চুম্বা রাফমনি।

প্রেমা— ঐ রাফম অমতং হায়জগে অরোইবা ওইনা ময়াম কায়নরমদাই মীকুপসিদা, ঙসি মনিপুরগী লাকপীরিবা ইচিল-ইনাওশিং কয়াগী মফমদা হংজনিংবা রাফম অমনা—

(১) ত্রিপুরাদা মনিপুর ভবন অমতং থম্বা, অতৈ অতোপ্পা কৈটশিংদি মাগী মাগী ভবনশিংদা ময়াম উন্নবগী খুদোংচাবা কয়াত্তু লৈ। ঐখোয় মৈতৈগীদি খুদোংচাবা কয়াত্তু লৈত্রি।

(২) প্রাইমারী স্কুলশিংদা মৈতৈলোনবু বিষয় অমা ওইনা ক্লাসতা য়াওহন্নবা হোংনবদা মনিপুর সরকারগী অচৌবা থৌদাং লৌহনবীরকপা পামই। ঐখোয়গী মাইকৈদগীস্থ, লাক-পীরিবা ময়ান্নস্থ অঙম্বা মতেং পাংবিনবা হায়জরি। ঙসিগীদি মতমস্থ থেংজিন্নরুবনিনা ময়াম মতাংসিদা কায়নরসি।

রোমেন, টিকেন ময়ামদা পীরন্নবা পুরক্লিবা লাইরিকশিং মপুল-মপুল পুন্দুনা তোঙান-তোঙানবা ক্লবশিংদা পীবগী থবক চৎথরি।

লাইরিক পীরিবৈ মরক্তা কমলজীৎনা মথাতানা হংলকই— হয়েং অযুক অঙনবদা কৈলাশহর চৎপা তারে।

— পাবুং ঐখোয় অঙনবদা চৎচরগে খল্লি। ময়াম অমত্তা ওইনা চাওখৎ থোরাংগী মতাংদা রারী কয়া শান্নরবা মতুংদা

হুমিদাংগী পুং ১২ রোম তাবা মতমদা ময়াম পুন্নমক হরাও হরাওনা কায়নখি।

ময়াম চংশ্রবগী মতুংদা কাঞ্চনবাড়ী চংনবগী খন্নবদা মফমতু বোদর ওইবগা লোয়ননা চংলগুমসি খন্নরতুনা কৈলাশহরগী-দমক নোংভানবগা চংননবা বারেপ তান্নরবা মতুংদা ময়াম পোখা-নবগী শেম-শাবা হোৎনরি।

মীকুপ খরগী মন্নুংদা নিদ্রা লাইবোনা গুমখিতুনা লাও-লম্বা ক্ষয়াতু তুমিননা নৈলখিতুনা অচিকগা নফন অমা ওইহোরে।



# কৈলাশহর

তাং ৩০ । ১ । ৯৪ ইং

অয়ুক অঙনবনি। স্নমিংনা তরং-তরং থোরকপগা অনৌবা আশাগা লোয়ননা অনৌবা ওইনা থেংনরুগদবা কৈলাশহরগী রাথলনা মাংওইননা পোৎচৈ লোইশিল্লি। গাড়ীদা মথং-মথং হাপকংলি। চংলমদাইগী মীকুপ য়োরক্লবদা ঐখোয় ময়াম্নু মতেং পীবিরম্না কয়াবু মথং-মথং রারী শারি। কায়নবগী মতম য়ৌশিলক্লবদা অরোইবা ওইনা থুং হায়রম্লগা তপ্না গাড়ী থোৌবা হৌই। নুংশিরবা মৈতৈ ইচিল ইনাওশিং, ইচল-ইচে, ইমা-ইবোক কয়ানা ঐখোয়না চংখিবদা মীং কুপ্লনা য়েংদুনা লৈনখি। খম্মোয়দা খঙহৌদনা পেন্দবা নুংঙাইতবগী ইথক অমা হৌখি। মতম শাংদনা নোংমা নিনিদা অচেৎপা মরী থম্নখিবা কয়াবু নিংশিংলুবদা, মীৎনা উবা ভম্ব শক্তিগী রাংমদা লানগ্রে পুন্নমক লৈহৌরে। অয়ুক্কী পুং ৭ মিনিট ৪৮ তাবা মতমদনি ঐখোয়না অভয়নগর থাদোক্লমদুনা কৈলাশহর মাইকৈ পাংখিবদো।

অশাংবা লম্বী অমনি। কৈলাশহর য়ৌগদবা চাওরাক্লা পুং ৬ রোমগী মতম ওইগনি। গাড়ীনা লেপ্তনা অস্তুক থোরি। ঐনা য়াম্না পননিংবা রাফম অমনা চংলিবা ময়ামদু চাদ-থক্তবগী অরা-অনা অমত্তা খিদে। চংলিবা খোঙচং অদুনা অরেপ্পা রাথল ওইখিবনা মরম ওইদুনা হকচাংদা অরাবা চোকথবা কয়াবু থওইদনা চৎপা ডমখিবনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

অভয়নগরদগী কৈলাশহর লাকপগী লম্বী অয়াম্বা চীং লম্বী ওইনা তৌই। লম্বী নাকলদা চীংমাইদা মনল য়াম্লবা টিক

পান্দীতনা মীৎনা উবা ভন্দা ভমথৈগী রাংমদা হৌতুনা লৈখি। য়েংবদা অঙ্কী মতিক নিংথিদ্রে। লৌলগী শাথেক মাল্লবা লম্বীতুদা লৈনা-লৈনা কাখৎলকপদা নুংশিরবা গাড়ীগী ভেং-ভেং লাওবা খোঙ্জেলনি। ঐখোয়গী থরাইবুস্ত পুবীতুনা চৎলি কলি-মাইনা খৌজালবীতুনা অশোই অভাম য়াওদনা।

চীং লম্বীতুদা থোরুবা গাড়ানা থেল মান্নবা ভম্প'ক ফংলতুনা ভাইহাক থোরবা মতুংদা গাড়া থাম্মী। ময়াম কুমথৈ, হোটেল অমদা চঙতুনা অরাম খোরাংবা থজিক্লং কোক্লবা চা পুরি চাতুনা ভাইহাক পোত্থনরি। লম্বী শাংনা লাকপগী অরাবা পোত্থাক্লবগী মতুংদা গাড়ীদা অমুক কাখৎলি। গাড়ী থোবা হৌই। অরেপ্পা লৈতনা গাড়ানা অস্তুম থৌতুনা লাক্লি। নুমিৎ যুংবা মতুং পুং ১:৫০ তারকপা মতমদা কৈলাশহরদা থ্‌লম্মী।

লম্বীদা থেংনবা মৈতৈ মচা অমনা ঐখোয়বু লমজিংতুনা পুবীখি। ময়াম চঙশিল্লি। এলাংবম বীরমনি সিংহ মাঙ্গালদা ফমতুনা লৈরম্মী।

বীরমনি— ঐ ময়ামবু লাক্কনি হায়বতুদা ভরাং লৈকাইগী নহারোল ময়ামগা ভাইতুনা লৈজরম্বনি, নোংমা থেংথরকপাসিদা লাক্কদবা মাল্লুদ্রবনি।

রনজিং— জনুয়ারি ২৫ দা চৎনবা গাড়ী তোংথৎনরুরগা কৈথেল মানবীদগী মনিপুর বন্দ লৈবা মরমনা চংবা য়াদরে হায়-তুনা M.S.R.T.C. গী বস চৎপা য়াদতুনা হল্লকপদা ঐখোয়স্তু

অমুক হনজিল্লগা তাং ২৭ কী জনুবারীদা অমুক লাক্লিবনি। অদুননি ঐখোয়না থেংথজরক্লিবসি।

— ময়াম কাঞ্চনবাড়ী চঙবীরুরব্রা ?

— চঙজরুদ্রি, ইরাং খরা লৈ হায়বদুদা চঙলগুমশি হায়না খন্নরদুনা ঐখোয় মফমসিদা লাক্লবনি।

— কাঞ্চনবাড়ীদা ময়াম অমুক্তং চঙহনজনিংই। মৈতৈ খ্বাইদগী হেন্না তাবস্থ; খ্বাইদগী হেন্না হীরম খুদিংমক্তা থবাই য়াওবসু হেল্লি। লাক্লগা চঙবীরমদ্রগদি য়াম্না বারৌখিবা য়াই। বীরমনি ইমুংদা চঙদুনা চাক-ঈশিং হোংবনহল্লী।

রনজীৎ— ঐখোয় অল্লয়া তৌরসি খরা অমনা কাঞ্চনবাড়ীদা চংলসি, অদুগা খরা অমনা মফমসিদা লৈহৌনবা শিন্নরসি। রোমেন, টিকেন, নরেন, নিমাই, রাজেস গাড়ীগী মীগা পুন্না মী তরা কাঞ্চনবাড়ী চংন্নবা থোরাং তৌরে। লম্বী খঙগদবা মখোয় নহারোল ২/৩ সিগা লোয়ননা চংমিন্নরে।

হুমিদাংবাইরমনি পুং ৫ মিনিট ২০ তাবা মতমদা মখোয় তরা (১০) কাঞ্চনবাড়ীদা লৈবা মৈতৈ ইচিল-ইনাও কয়াগা বারী শান্নবা চংখিবদো।

কৈলাশহরগীদমক, এজা রনজীৎ, খেলেন অমদি ঐগা লোয়ননা হুপীমচা মঙানি। মী ২/২ না শাবা কাঙলুপ শেম্নদুনা সেন্সস ইবা হৌখি।

খেলেন অমদি ঐ মফমদুগী নিপামচা অমগী লমজিং মখ'দা য়ুম য়ুম চঙদুনা কৈলাশহরগী লৈরিবা চংনবীগী মভাংদা বারী

কয়া শান্নরি। ঐখোয়না বারী শান্নজরুবা মতমদা খঙজরকখিবা থরদং ময়ামগী মফমদা থমজগে।

কৈলাশহরগী জীতুর দিঘীপার হায়বা থুঙং অমদনি। থোকচোম নাতুম সিংহ মশাগী চহি ৭০ শুরবা অহল ওইরবা অসিগা বারী শান্নজরুবা মতমদা ঐখোয়না খঙনিংনা করিগুম্বা খরা হংজরুবা মতমদা অমুম্না তাকপীরকখি।

খেলেন— পাবুং মফমসিদা উমংলাই হরাওবা অসিবু চংথবীরিব্রা?

নাতুম— ইবুংঙো পাবুংখোইনা চহি ৭০ পুন্সিদুনা লাক্লিবা অসিদা ঙসি ফাওবগী মনুংদা লাই হৃরাওবা করিনো। করম তৌবনো ঙসি ফাওবদা মশক খঙদ্রি

খেলেন— পাবুং লাই হরাওবা অসি য়াম্না নুংশিবা লাইরোল তিললোন শক্লুনা পেনা খোংজুনা মাইবীনা লাইমাং ফমজুনা লাইবাও চেন্নি। মৈতৈগী ওইবা কলচরনি হায়না মীয়াম মমাংদা পুথোকপা মতমদা মাই খুনিঙাই লৈত্রবা অচৌবা কুম্মৈ অমনি। পুন্নমকসে পাবুংখোইদি উবা ফংদ্রেদো। অদুগা অমনা পাবুং লাইনিংথৌ সনামহি ইমা লৈমারেল শিদবীগী খুভমদ য়ুম য়ুমদা লৈনরিকো?

মাতুম— ইবুংঙো মদু পুন্নমকমু মমিংতা মঙাইয়ে লোইনা মাঙখ্রে।

খেলেননা মথা তানা অমুক হংলি— পাবুং লুহোংবা মতমদা কৈন্যা ওইরিবশিংনা পোলোই শেংপগী চংনবীসি অমুক লৈবীরিব্রা?

নাতুম— লুহোংবদা কৈন্যানা পোলোই শেংপগী চৎনবী লৈরি। বর ওইরিবা অদুগী কোকয়েংতি য়েংনদ্রে।

খেলেন— পাবুংদগী খুড়জনিংবা অমতংগা, চহি অমগী মনুংদা নিঙোলশিংগী ওইবা, ময়ুমদা লাকচদুনা মবুং-মৌপা, মমা মপা, লৈকাইগী মচে-মনে মমান্নবী কয়াগা উন্নজদুনা মবুং মৌপা-শিংনা ঙমজবা খুদোল পীনদুনা হরাও তয়াম্মীন্নবা নুমিৎ "নিঙোল চাক্কৌবা" লৈবীরিব্রা ?

নাতুম— নিঙোল চাক্কৌবগী, নিঙোলশিংগী নুংঙাইজবা নুমিৎ অমনি, হায়নরিবদুসু ঐখোয়না খঙলকপদগী লৈরক্লে। মফমসিগী অচৌবা কুম্মৈ ওইনা ময়াম্না খৎনরিবা হায়ববু দুর্গা পুজানা খ্বাইদগী অচৌবা কুম্মৈ ওইনা চৎনরি।

খেলেন— পাবুংদগী মমল য়াম্লবা ঐখে য়না খংবা খঙম্ল-রোইদবা কয়াসু পাবুংনা তাকপীদুনা খঙজরে, য়াম্না নুংঙাইজরে, পাবুং ঐখোয় অমুক থোকচরুখিগে।

নাতুম— ফগনি ইবুংঙো।

ঐখোয় অমুক হল্লরুম্মী। এলাংবম বীরমনিগী য়ুমদা লৈকাইগী ওইবা অহল-নহা কয়া ফমদুনা লৈরম্মী। ময়ামগী মরক্তগী অমনা হায়রকই— কলচরগী ওইবা ফিদম অমা থম্নবগী-দমক কৈলাশহরদা দান্স স্কুল অমা লৌংখৎপীবা, লোয়ননা মৈতৈ ময়েক্তা নিংখিজনা খঙলবা কয়ানা ঐখোয়বু তাকপী-তম্বীনবা ময়ামদগী মতেং পামজে।

মনিপুর দান্স কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইনা পুবিরিবা "হেরি-তেজ" গীনা প্রেসিডেন্ট ওইনা থবক পুবীরিবা ওঝা রনজীৎনা

পাওখুম পীখি— মতৌ ইকুই কুইদন ধর্মনগরদা দাস স্কুল অমা হাংদোকপা লাকনি মতমদুদা কৈলাশহরদা লৈনীবিবা ইচিল ইনাওশিংগী অপাম্বা কযাদু খন্নদুন অরেপ্পা ফিরেপ অমা থম্মীবন্নু। মযামগী নীংবা থুংহনবা ঙমদ্রা যেংজগে। মযামগী অপাম্বা কযাম্ব খর মখৈদি খঙ্ডজারে, নখোয পুন্না অমগা ওইনা লিংজেল মান্নবা অমা পুরক্কনা মাংথৎকনা কলচর কনমিন্নদুনা "হেরিতেজ"গী ওইবা মচাক কযা কননন্নবা হোংনবদা মতম পুম্নমক্তা খুৎশম্নুনা চৎমিন্নবা পামজে।

ঙসিগী কৈলাশহরগী নুংশিজরবা অহল লম্মন, ইচে-ইচল, নহারোল কযগা উ.জদুনা মনিপুরদগী লাকচরিবা ঐখোযগা উন্নদুনা ররা শারগী মওং পীররসদা থগোযদা অসুক্কী মতিক হাযফম খংদন নুংঙাইনা লৈরে। ঙসিগী তাবরা নওংম পাসিরু পম্মু-পাম্মুনা নওয়া লৈঙ্গিজল্লকপগা মযামদগী কায়ননবা বিদাও নিজরি।

অমুক্না কৈলাশহরগী নুংঙাইরবা খন্না-নৈন্নবগী থোরম লোইশিনখি। হরাওবা করাম্না কায়নখি। মথংগী নুংশিংবীদমক লেংঙাননা ঙ হাইখি।

———

# ধর্মনগর

তাং ৩১। ১। ৯৪ ইং

অয়ুক্কী পুং ৯ তাবা মতমনি, অত্তিয়াম্ভু অঙানবা শরুক মাংখিদুনা নোং মরিক-মরিক তাই। চৎননবগী বিদাই লৌনরগা গাড়ী থৌৰা হৌই। কৈলাশহর তুংওইনরম্নগা ধর্মনগরগীদমক ঐখোয় লাকই।

ময়ামদা পনজনিংবা ৰাফম অমনা ঐখোয়না ত্রিপুরাগী চৎলিবা খোঙচৎসিদা থেংনরকপা মৈতৈ তাবা খুল কয়াগী মন্নুংদা কৈলাশহরদা তারিবা মীওইশিংনা ঐখোয়বু অম্মক্কী মত্তিক মুংশিনা তৌবীখি, লোয়নন। চৎলুরিবা ঐখোয়বু মখোয়বু পোকপা অহলশিংদা মশাগী অপাম্বা কয়া দাবী তানবদৌনা ঐখোয়দন্তু মখোয়গী পেন্দবা অপাম্বা কয়া হায়বীরকখি। খঙহৌদনা থম্মোয়দা মুংঙাইতবা অমদি ফাওখি। কৈলাশহরদা লৈরিবা মীওইশিংগী হিংননবগী লম্বীদা থেংনরিবা অৰাবা মুংঙাইবা কয়াদুবু নিংশিংলুবদা থম্মোয়দা অৰাবা পীরি।

অরেম্বা লৈতনা গাড়ীনা লাক্লুনা অয়ুক্কী পুং ১০ মিনিট ২০ চৎপা মতমদা ধর্মনগরদা থুংখি। লাইবক থিবা অমনা ঐখোয়না আশা চাওনা লাকখি। ধর্মনগরদা ময়াম্না ঐখোয়বু ওকপীদুনা লৈরমগনি খন্দুনা লাকখিবনি অদুবু মদুগী ওল্লা তৈনবদু থোক্কখি। পাও ফংদে হায়দুনা লৈরমখি। লেম্বা লৈতে ঐখোয়গী থবক্তি, গাড়ীদগী কুমথবগা মৈতৈ লৈবা মফমশিংদা চঙনবা হৌনখি। লৈহৌরিবা হায়ববু ওজা রনজীৎ খেলেন্দ্রজীৎ অমদি ঐ ময়ামগী চান্নাশথরুবা হোৎনরি।

ময়াম থিজিন খোমজিনবগী থবক লোইরতুনা মথং-মথং হয়ররক্লমী। সুংথিলগী পুং ৩ রোম তাবা মতমদা চাবগী থৌরম লোয়রতুনা ধম নগরগী অহল খরগা বারী শামরি। ঐখোয়না মনিপুরদগী পুরকখিবা লাইরিক কয়াতু মখোয়দা শিন্নরম্নগা কায়ননবা বীদাই পীনরবা মতুং, সুমিদাংবাইরমগী পুং ৬ মিনিট ৪৫ চংপা মতমদা পোক্লকম লমদম ইমা মনিপুরগীদমক খোড়শানবা হৌরকখি।



# ইরমদম য়ৌরকপদা

তাং ১। ২। ৯৪ ইং

হুমিং খরানি ইরমদম থাদোক্লুনা চংলুবগী মতুংদা পোক্লফম লমদম মাইকৈ পাংলকপদা থম্মোয়দা ইখঙ খঙহৌদনা পুক্লিংদা ফাওরকখিবা নুংঙাইবা অমদি অৱাবা, মৈতৈ অমা ওইনা খেন্নবা হীংবা পুন্সি মরেল কয়াবু থম্মোয়দা পেন্দবগী মমি অমদি অহুম তাই। মৈতৈ অমা ওইনা ঐখোয়গা চংনশোনচং খেংন্না লৈরম্বা অমদি ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈ খুদিংমক য়াম্না তোম্ছনা লৈবগী মওং কয়া উরকপা, হীংননবগী হোৎনবদা অৱাবা কয়া থেংনরিবা কয়াবু নিংশিংলকই। মৈতৈগী ওইবা লাইনিং লাইশোল, কল্চর পুম্নমক খেন্নে। লুহোংলবা নুপী অমনা শারী ফুল শেৎপা, লাইবক্তা শিন্দুর নম্বগী চংনবী, খুৎতা মোইবুং খুজি শিবগী চংনবী, কয়াবু ইরমদম য়ৌরকপদা খেন্নরিবা কয়াবু উরুবদা ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা জাতিশিংবু নুংশিবা ফাওরকই। মখোয়গা উন্নহুনা ৱারী শান্নরুবদা ঐখোইবু অসুক্কী মতিক হরাও-তয়াম্না তৌরকখি। থাপ্লবা মনিপুরদগী ইরোল তিন্নবা ময়াম অমা লাকই তাবদা, মখোয়দা নুংঙাইজবা ফাওখিবহু চংলিবা ঐখোয় খুদিংমক্কী থম্মোয়দসু ফাওরকখি। চীংলোন কয়া কম্নাসু মথং-মথং লাম্হোরকই।

প্রকৃতিগী ফজবা কয়ানা লৈতেংলবা য়েংখি-য়েংখিবদা পুক্লিং হুনিঙাইগী মশক ওইরবা কয়াতগী তুংনফম্নি। অতোপ্পা মফম কৈদসু উবা ফংলোই। পোক্লফম ইমা লৈবাক্তা নত্তুনা অতৈ মফমদা উবা ফংলক্তে।

মপুং ফাত্রিবা নচাগী শৈরোল অমনা কচ্ছরি ইমাগী খুয়াদা।

"তাইবংসিদা ফংলোই ইমাগুম্বী"

ভারত নোংপোক চীদাইদা
ঋতু তরুক্না থোৌগল্লীবী
সলাই তরেৎনা ভাল্লীবী
নঙগুম্না নুংশিবা মফম অমা
লৈরমদ্রে মফম কৈদস্থু
নুংশিরবী ইমা মনিপুর।
কোলোই মিংলেন নিংথিবী
মালেমদা অনি শুদ্রবী
নিংথিবী নগুন কয়ানা
ইমাগী শক্তম ওইরিদো
শান্তিগী ঈরিক হৌরকফম
অথোৌবা কয়াগী পোক্নফমনি।
লোক্তাক্না মিংশেল ওই
ইমাগী ফজবা হাপ্লীদো
লোইবী চীংশাং পরেংনা
ইমাগী ভমথৈ তাক্লিদো
অথোৌবা পোকপী ইমানি
পারী মমোম কয়াগী
নোক্না য়াইবী কৎভম্বী।



লোইরবা



বিমোল চোংথাম

ইম্ফালদগী টিদিম রোডতা কিলোমিটর ৮ (নিপাল)গী মনুংদা লৈবা মালোমদা ইং কুমজা ১৯৬৩ ফেব্রুয়ারীগী তাং ২০ ফাইবেলগী ২৭নি পানবা শগোলশেল নুমিৎতা পোকই। অপোকপা অপোকপীগী মিংনা চোংথাম মধু, ৺স্বর্নলতা (য়াইম্বী) অনিগী মচানিপা অহলনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী সাহিত্যবু পামজরকই। হায়স্কুল তম্লীঙৈদগী মেগাজিনদা শৈরেং, ৱারেং হাপ্পুনা ঙল্লিঙৈ মতমদগী খুদোল কয়া তমদুনা লাকই। ওল ইণ্ডিয়া রেডিওগী শৈরেংবা, অইবা (দ্রামা) অমসু ওইরি। নোহাখোলগী লাইফ মেম্বর অমনি।

অনৌবা কুমওন লাকপগা ইরোইননা ২০০১ এপ্রিলদা অহানবা ওইনা ত্রিপুরা লমনুংশি (লমকোয় ৱারী) লাইরিক অসি খুদোল তম্লী। সাহিত্যবু পামজবা অম্মা ওইনা অইবগী কলমদগী দ্রামা লাইবিক কয়া অথুবা মতমদা পুথোক্লবা শেম শারি।